# ঠীগী ঔঙখমগী

# বিধি নোংদম্বা

(মৈতৈগী অরিবা খুৎই লাইরিক)




ইথোকচবা

নাওরোইবম ইন্দ্রমণি

ফোঙজবা
নাওরোইবম বোইবোই
শগোলবন্দ, নাওরেমথোং, খুমন্থেম লৈকাই, ইম্ফাল।

১বা নম্বা—১৯৯৫ ইং
কপী মসীং—১০০০

মথুম য়েকপা :—
নাউসেকপম গীতচন্দ্র সিংহ,
উরিপোক, ইম্ফাল।

ব্লোক সাব :—
ইমেজ গ্রাফিক, কৈশামথোং, ইম্ফাল।

মমল লু: ২০'০০/-

নমখম :—
নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱারোল খরদং

শ্রীনাউরোইবম ইন্দ্রমনিনা অরিবা মৈতৈগী খুৎহৈ লাইহৰিক্কী হৌজিক হৌজিক মপুঙ ওইনা চংনরিবা বাঙ্গলা ময়েক্কা লৌনা ইথোকপা লাইহৰিক "বিধি নোংদম্বা" খুৎহৈ ওইনা লৈৰিংৈদা পাজখ্রে।

লাইহৰিক অসি লিটরেচরগী কাংলুপতা চনবা মখলগী লাইহৰিকনি। মণিপুরি সাহিত্যগী ইতিহাসতা ময়াম ওইবা মতম হায়বদি মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদগী হৌনা হিন্দুগী লাইনীংনা মণিপুরদা মপাল মরা তাহুনা অচেংপা য়ুম্ফম লৈরবা অমদি সংস্কৃতকী লোল অমদি সাহিত্যনা মণিপুরগী হান্না লৈজরম্বা অসেংবা লোল অমদি সাহিত্যদা নীংথিনা তোংনা তিন্নরক্লবা মতমদা ইবা লাইহৰিক ওইবনা লাইহৰিক অসিদসু সংস্কৃতকী ৱাহৈ কয়া খুদম ওইনা বিধি, বিবাহ, সন্যাসী, যোগী, চিত্ত, যবনচিংবা কয়া শীজিন্নবা থেংনৈ। অহুবু লাইহৰিক অসি অরিবা সাহিত্যগী মমুঙ চনবা অৱাংবা থাক্কী লাইহৰিক অমনি। লাইহৰিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোঙ্গদা লৈচল অমদি ওইৱগনি।

লাইরিক অসিনা অরিবা লোন্দা য়ুম্ফম ওইনা ইরম্বনা মীপূম খুদিংনা পাবদা খর খুদোং চানবা অরিবা ৱাহৈগী অর্থনচিংবস্সু অনৌবা লোন্দা নীংথিনা হন্দোক্লুনা ইরি। অসিগুম্বা অরিবা মৈতৈগী লাইরিক কয়া হৌজিক্কী অমদি তুংগী মীরোল মপুঙ ওইনা ছাত্র সমাজনা অরিবা সাহিত্যবু নৈনবদা খুদোংচানবা মতুংদস্সু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া শ্রীনাউরোইবম ইন্দ্রমনিনা পুথোকপিরক্লুনা মণিপুরি সাহিত্যগী সেবা লেপ্তুনা তৌবা ওমহনবীনবগীদমক ঐহাক্না ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি।

**শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ**

তাং ৮।১১।৯৫ ইং — উরিপোক, ইম্ফাল।

ইনাও ইন্দ্রমনিন ময়তৈ ময়েক্তগী বাঙ্গলা ময়েক্ত নৌনা অমুক্ ইথোক্পিরিব "বিধি নোংদম্ব" পাজরে। মসি ইপা ইপুন লাই হাক্তক্তগি থাজজন চৎথজরিব ৱাথল্ ঈচেল্ (১) খোইয়ম্ নোংদম্ খোল্‌ন অম, সমু ইথৌৱাংনে অম (২) খোইমোম্ নোংদম্ খোল্‌দি য়াৱা সেলয়াম্ পীন হোংফদে, সমু মীমায় য়েংন থয়ফদে (৩) চিঙ্‌ঙ্ নোংদম্ খোল্‌বু লম্‌চায়ফদবন লিল্‌ৱায় সল্লম্ ইন্ন মচৎনয়ে হায়ব লাইবক্লবু তম্‌থ্রবদি কক্‌প য়াদে হায়ব অত্নুনি। লাইরিক্ অসি নোংনিংথৌ সোরারেন্দ বিধাতান মীৱোইবগি মান তৌবন মান ফংব হায়ব অৱা-নুংঙাইগি ৱারি অত্নু তম্বনি। লাইরিক্ অসি হৌজিক্কি মীয়াম্ন তোঙান্ তোঙানব ৱাথল্ অমদি লাইনিঙ্‌গি চৱাংনবা অসি সোক্ল ইব লাইসিংন থম্বীরম্ব লাইরিক্‌নি।

ইনাওগি অরিব সাহিত্যগি অরিব ৱাহয় অমদি লোল্‌সিংগি অনৌব লোন্দ ৱাহম্থোক্ পীরিব কয়া অসিস্থ লাইরিক্ অসিগি নুংগি ৱোইব অয়িবগি ৱাথল্‌বু অপাবদ ময়েক্ সেংহল্লী। ইনাওগি ৱাহন্-থোক্ অসিন অরিব লোল্‌বু নৈনব মীদস্থ য়াম্ন মতেঙ্ ৱোইরগনি।

নুংঙাইজবা অমন ইনাওগি নৌন পুথোক্‌লিব লাইরিক্কি লোন্দাদ অরিব লোল্‌গি কন্‌থা কল্‌লেংনব ৱাহয়বু পবু ব, কবু গ, চবু জ, লবু র, তবু দ সিন্দোক্লুন হৌজিক্কি মীয়াম্ন পাবদ খুৎলোয়ব পীব ঙম্ব অসিনি। মসিন অরিব সাহিত্যগি খোঙ্‌জেল্দ নৌহওন সাফু অম পীরে হায়ন লওজরি। লাইরিক্ অসিবু নৌন অমুক্ অৱায়ব লোন্দ পুথোক্‌পীরক্‌প অসিন মীতৈগি সাহিত্য সমাজদ ইনাওদি থৌদাং অম পাঙ্‌থোক্‌লে।

**মোইৱাংথেম নরেন্দ্র,**

তাং ৩। ১১। ১৯৯৫ ইং খোংমন্

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীনাওরেম্‌হৈবম ইন্দ্রমনিনা সম্পাদন তৌবা "বিধি নোংদম্বা" হায়না কৌবা লাইরিক অসি খুৎই ওইরিবৈদা পাক্সরে। লাইরিক অসি মৈতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম্মনা মপাল মরা তারবা মতমদা ইবা লাইরিক্নি।

অইবনা মীরোন্দগী মপুং ওইবা ৱারী ৱাখোঙ্ক লৌরগা, অস্নিবা মণিপুরী সাহিত্যদা ইথোকপনি। অসিগুম্বা মথলগী ওইবা লাইরিক খরা মখাদা মথং মনাও নাইনা মমিং ইজরি :—

(১) রূপবান (২) অরোং নন্দকুমার লাইবু নিঙ্‌বা (৩) সনামনিক অসিনচিংবনি।

হিন্দুগী ধর্ম্মগী লাইরিক ওইনা য়াম্না চৎনরিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা শিংথাক্সবা তারবদি—(১) শ্রীবৎস-চিন্তা (২) সত্যবান সাবিত্রী (৩) ধ্রুবচরিৎ (৪) প্রহলাদ চরিৎনচিংবনি। লাইরিক মখল মরী অসিগা মথক্তী রূপবানগা অমদি বিধি নোংদম্বগা থারগা লাইরিক তরুক অসি মণিপুরী সমাজনা য়াম্না থাজনা তরুকনি ইপাল নুমিৎতা ৱারি ওইনা তানবা লাইরিকনি। ৱারি অসি তারগা শিগদবা নাগদবা পুম্নমক কোকই হায়না থাজনৈ।

হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবগী মতুংইন্না বিধি নত্রগা বিধাতা হাম্নবা লাই অসি, সংসার পুম্নবু শেম্বী শাবিবা অমস্তুং পোকপীবা লাইনি হায়ব তাই। ব্রহ্মানা তাইবঙপানববু পোকপিবা, বিষ্ণুনা য়োক্‌পী থাকপীবা অমুগা মহেশ্বরনা মাংহন তাকহনবগী মপু ওইবা লাইনি। ব্রহ্মাবু অণ্ডা (মরুম) দগী থোক্লকই (পোক্লকই) হায়না তেঙবানববু

"ব্রহ্মাণ্ড" হায়না কৌনরি। ব্রহ্মানা সংসার পূম্বগী মপা ওইবা মরম্না 'প্রজাপতি' হায়না বেদদা শিংথানবগা লোয়ননা পূজা তৌনরি। মাগী মমায় মরী পানবনা "চতুরানন্" হায়নস্সু থগনৈ। মখুৎস্সু মরী পাল্লি। মখুং মরীমক্তা দণ্ড, রুদ্রাক্ষ, লিরুং, চফু অমস্সুং বেদ পায়রি। মাগী কুচুদি ঙাঙই। মাগী শাদোংদি অঙৌবা কাঙঙানি। মাগী মমিং বিধাতা, ব্রহ্মা, বিরঞ্চি, চতুরাননচিংবা কয়ামরুম লৈ। মতুগী মনুংদা বিধি (বিধাতা) হায়বা মিং অসিনা মীয়াম্না হেম্না থোক্না থগনৈ। 'বিধি' নত্রগা 'বিধাতা' হায়বসি সংস্কৃতকী ৱাহৈনি। বিধিবু মৈতৈনা "চাঁঙঙ্ নোংদম্বা" অস্সুম হায়না কৌনৈ।

লাইরিক অসিগী মত মতুংইন্না বিধি কৌবা লাই অসি নৌনা তাইবঙদা খোঙদায়ক্লিবা অঙাং নারাশিংগী নহানমুকী মপোক্তা মানা মানা তৌজরকপা অফ ফত্তগী মহে মতুং ইন্না হন্দকী মপোক অচুদা ওইরগদবা অফ ফত্ত নোংদম্বীচুনা মরাইবক্তা লাইরিক ইুশিনবি হায়রি।

লাইরিক অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম অমদি দর্শনগী মমি য়াম্না ফজনা থবা উই। মীওইবনা লাইবু নিংজরগা মাগী অনিংবা—অপাম্বা পূম্নমক থুংবা, নহানমুকী মপোক্তা দান তৌরকপনা হন্দকী মপোক্তা অথোইবা শাগৈদা পোতুনা মীথোই মীহেন্না নুংঙাই ম্বাইফবা, অরিকপা মী পীজনিংদবা মথক্তা চানিংবা, লাইবু তাথিবা মীওইশিংনা হন্দকী মপোক্তা লাইর-অতোন তানা, পিদোন্না পুন্সি লেনবগা লোয়ননা চাকথুং ফিথুংদে হায়রি।

লাইরিক অসিদা সংস্কৃতকী ৱাহৈ খরা শিজিন্নরি :— বিধি, বিধাতা, যোগী, প্রেম, গনক, অঙ্ক, রাজা, নর, নগর, মৃদঙ্গনচিংবা অসিনি।

লাইরিক অসিদা উপন্যাসকী মগুণ অমদি মচাক অয়াম্বা য়াওরে। মরম অদুনা উপন্যাসনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। কায়নবা অমসুং থুংনবা অনিনা পুল্লপ পুনবা সুংশি সুংওনগী ওইবা লাইরিকনি।

'বিধি নোংদম্বা' হায়বা লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্য সমাজগী অরাৎপা শরুক অমদি মেনশিল্লগনি। শ্রীইন্দ্রমনিনা মথং মথং লাইরিক কয়ামরুম পুথোকচবদা চাউখৎ বিধি নোংদম্বা মানা তেঙবাংবিবা ওইসনু।

থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী
মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড
রিসর্চ এসোসিএশন মণিপুর।
হেড ওফিস—নাউরেমথোং
লাইশ্রম লৈকাই।

তাং ১।১১।৯৫ ইং

# অইবগী ৱারোল

মৈতৈগী পুয়া হায়না খঙনরিবা অরিবা খুংই লাইৱিকসিংগী মনুঙদা "বিধি নোংদম্বা" কৌবা লাইরিক অসিস্বু অমনি। লাইরিক অসি অরিবা লাইরিক সুবা মীওই অয়াম্বগী মকমদা যাম্না মরাঙ কায়না লৈনৈ।

লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা খর থেঙথরক্লবা মতম, হায়বদি মণিপুরদা নোংচুপলোমগী হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লুনা মীপূম খুদিংনা ধর্ম্ম অসিদা মপুঙ ফানা থাজবা লৈরবা মতমদা ইরম্ব। লাইরিকনি হায়বসি লাইরিক অসিগী মনুঙদা হিন্দু লাইনীংগী মমি নীংথিনা তারিবা অমদি হান্নগী অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী নীংথিরবা ৱাহৈসিংগা সংস্কৃতকী ৱাহৈসিংগা লৈচল চানা য়ানসিন্ন-হুনা সীজীন্নরম্বা অসিনা ময়েক সেংনা তাকই। খুদম ওইনা খরদং লৌখৎলবদা—জোপ (যব) লোইমোম ফৌ ময়োন, ঘোৎ (ঘত) লাইজা ঈমায় চোল, বিবাহ লুহোং থৌবু, মৃদংগ ৱাংলেন পুংখৎ তৈ, চিংত (চিত) উনধী খোয়খৈন্নুংদা, কর্ণ নাকোং থোঙজাউরেলদা অসিনচিংবা।

বিধি হায়বা লাই অসিদি হিন্দুগী লাই মমিংনি। লাই অসিবু মৈতৈনদি চীংঙু নোংদম্বা হায়না খঙনৈ। হায়রিবা লাই অসিনা তাইবংপানবদা নৌনা খোঙদারকলিবা পোকপদা ঙাযরিবা অঙাংসিংগী চাবোকপগী য়ুপাল য়ুমসেংনোংদা অঙাং অতুগী মরাই-বক্তা মাগী নহানমুক্কী মপোক্তা তৌজরকপা অফ ফত্তগী মহৈ য়েংনা

হন্দক্কী মপোক্তা মাগী ওইরগদবা অফ ফত্তসিং অহুবু কলম পায়হ্না ইসিনবীরম্মী হায়না থাজনৈ। বিধি মানবু তমথ্রবদি চৌংও নোংথৌ সরারেলনফাওবা ককপা ঙমদে হায়না হায়নবসু লৈ। অসিগুম্বা থাজনবি অসিনা হন্দক্কী মপোক্তা অফবা লমচৎ সাজৎ চৎতুনা, অফবা থবক তৌদুনা মথংগী মপোক্তা অফবা, নুংঙাই য়াইফবা মপোক্তা পোকলুনবগী পাউঙাক অমা লাইরিক অসিগী নুংগী ঈচেলদা য়াওরি। অসিদসু নত্তুনা লাইরিক অসিগী নীংথিরবা ৱাহৈ ৱাতা, অরিবা মৈতৈলোনগী সাহিত্যগী ফজরবা মসক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনগদ্রা খঞ্জরুবদগী লাইরিক অসিবু পুথোকনবা হোৎনজরুবনি। লাইরিক অসিনা অরিবা লোন্দাদা ইরম্বনা মীয়ামগীদমক পাবদা খুদোংচানবা অরুবা ৱাহৈসিংগী অর্থ হন্নবা হোৎনজরিবা অসিদা অরান অহুক্ত কয়া অমদি চান্নদবনচিংবা য়াওরমলবসু অখঙ অহৈসিংনা তাকপিরকপদা হরাউনা লৌজরগা মথংগী খুৎনমগী খুদোংচাবা ফংজবদা চুমথোকচনবা হোৎনজগনি।

লাইরিক অসিগী সমলপ্পা ৱারিদি নোংমগী মুমিৎ অমদা নোংথৌ সরারেলনা তাইবং মীওইবগী অৱা নুংঙাইগী কুমৈ য়েংগে খন্না মালেম লৈতারক্তুনা তাইবং মীওইবগী অৱাবা মতৌ কয়া অমদি নিংথৌ সনা ম্নোইকোলনুংগী নুংঙাইবা মতৌ কয়া য়েংলিঙৈদা কোরৌহনবা অঙানবনা ময়ুম চঙখিবনা হানখিদুনা কোরৌ নোংলৈবাক্তা হনবা নংহৌদবদগী খুঙ্গং অমগী চিদাইদা লৈবা অহল ওইরবী অমগী ময়ুমদা অহিং য়ারেক্তুনা লমদনথি।

অহিং অত্থগী হেক নোংঙানবদা ইমুং অত্থগী নৌনা পোকপদা ঙাম্নরিবা অঙাং অমগী য়ুপাল য়্মসেংনোং থোকপনা বিধি কৌবা লাইনা অঙাং অত্থগী মরাইবক্তা অফ ফত্ত নোংদমবীনবা য়্ম অত্থদা লাকখি। অঙাং অত্থগী নহানমুক্কী মপোক্তা অফবা থবক তৌরক্ত-বনা হন্দক্কী মপোক্কী ওইনা য়াম্না লায়রবা অতোনবা ওইনা পুন্সী সাংনা, মতোল লোমনা পাল্লো হায়না ইবিরমলগা থোকলকপদা নোংথৌ সরারেলনা উত্থনা হংববু অঙাং অত্থগী মরাইবক্তা অফবা তমবিরমদবদগী নোংথৌ সরারেলনা য়্ম অত্থদি মতাক্কী লমদনফম ওইরুবনা অঙাং অত্থগী মরাইবক্তা অফবা ওইনা ইবিরম্মু হায়বদা বিথি নোংদম্বনা য়াখিদে মমৈদা লাইসিংগী নিংথৌ সরারেলগী য়াথং হিক্লোকপা য়াদবনা পুক্লীংদা অসাওবা পোকনা অঙাং অত্থগী মরাইবক্তা অঙোম নিংথৌগী মপারি ওইত্থনা চহি ১৫ সুবদা নরপোং ( অতোপ্পা লাইরিক্তা নমুপোং হায়নস্থ ই ) লৈবাক্কী নিংথৌ মচান্থপী লৌত্থনা লুহোংলবা মতুং নুমিৎ ৭ নি সুবদা অনা লাইওঙ খঙদনা নাত্থনা সিও হায়না ইবিরমলগা লাইরৈবাক্তা হনখি।

নোংথৌ সরারেলনা চঙসিন্দুনা য়েংলুববু অঙাং অত্থগী নৌরিবৈ মতমদদি অফবা ইবিরমলগা মমৈদা ফত্তবা রাবু ইরমবদগী তকসি সোন্দুনা লৈহৌই। ইমুং অত্থগী য়ুম্বুরেলবী অহল ওইরবী হন্নুবী অত্থদা হয়েং অঙাং অত্থনা চাউরক্তুনা লুহোংগদবা নুমিৎকী অহিং নোংয়াইদা নোংথৌ সরারেলবু ঈরাৎ থৌনিজো হায়না তাকপিরম-লগা নোংথৌ লৈবাক্তা হনখি।

বিধি মাগী নোংদমখোল সোন্নফমবরা অঙাং অছু অঙোম নিংথৌগী মচা ওইরকুনা চহি ১৫ সুবদা নরপোং নিংথৌগী মচাফুগী মনা খোমমদোলবু লুহোংদুনা লৌরবা মতুং মুমিং ৭ নি সুবদা অনা লাইওঙ খঙদনা নাহুনা লায়কন্নবা ঙমদনা সিরে। অদুবু নোংথৌ সরারেলবু নীংজবদগী নোংথৌ সরারেলনা লম্বোইবা সানা লাকুনা সিরবা অঙাং অছুবু অমুক হিংগৎহনবিদুনা লৈমা মসানৌগা মুংঙাই মরাঙ কায়না পূন্সী মুংসাংনা পানখিবগী ৱারিনি।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনজবদা অসোম অঙাম কম্না য়েংস্লিনবিদুনা অঙম্বা মতেঙ পীবিখিবগীদমক পাবুং পদ্মশ্রী নিংথৌ-খোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মোইরাংথেম নরেন্দ্র, শ্রীথুলেম চন্দ্রসেখর সিংহ হায়রিবা অহল লমনসিং অসিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোয়ননা মথোয়গী সিংঙমলরোইদবা লমন তোসিল্লবনি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু নম্বগী অহকপা থৌদাং লৌবিদুনা মীয়াম মমাঙদা মতম চানা পুথোকপা ঙমহনবিবগীদমক নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কসকী প্রোপ্রাইটর শ্রীহিদংময়ুম নিমাইচাঁদ শর্মা অমদি মহাকী প্রেসকী ইচিল ইনাওসিংবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা মথোয়গী সিংঙমলরোইদবা লমন পূন্সীগী ওইনা তোনসিঞ্জরবনি।

নাওরোইবম ইন্দ্রমনি
সগোলবন্দ, নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

তাং ১০।১১।৯৫ ইং

# বিধি নোংদম্বা

হয়াহে। হে লিকলাইও! ইবুংথৌ নোংথৌরেল পুমাবও! নদাইরেম তয়ম ইরাকমনা লহালনোং হয়িঙৈগী কোরৌ নোংদোলখক্তা, চীংঙু নোংথৌ সরারেল অরাং পাখং য়োইরেনবা থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতামবা, সরাং অথুপপা, ঈঙৌ চাংখীনবা ঈমু খলওনবা, উন ও ঈরীবা রাউ ও ঈথাবা খোইয়ম লাইয়িংথৌপা চীংঙু বিধি নোংদমবা খোইয়ম বিধাতা রাহেনবা, সীংতুম নীংগোন সুবা, অনজি লাইমুম থানা লাইবক খেললাই ইবা লাইয়িংথৌগা,

---

হয়াহে—হে ইমা। লিকলাইও—নিংথৌও। ইবুংথৌ নোংথৌরেল পুমাবও—নিংথৌ পুম্নমক্কী অথোয়বা নিংথৌরেলগু। নদাইরেম—ননাই। তয়ম—ননাই। ইরাকমনা—লাইরিক ইবনা। লহালনোং—অচুঙৈ, মমাংঙৈ। হয়িঙৈগী—মথায় থায়নগী। চীংঙু—লাই। নোংথৌ সরারেল—সর্গগী লাইয়ামশিংগী নিংথৌ। থংবা নোংনিংথৌ—সর্গগী নিংথৌ। কোনখৈ অতামবা—লমদম অথাপ্পা। সরাং—লাই। অথুপপা—লোৎনা থুপনা লৈবা। ঈঙৌ চাংখীলবা—ঈশিং চাং চানা থমবা। ঈমু খলওনবা—ঈশিংবু চাং ওনবা। উন ও ঈরীবা—অঈঙবা থা ও তা ঈশিং লীতুনা থম্বা। রাউ ও ঈথাবা—অসাবা থা ও তা ঈশিং থাদোকপা। খেললাই—লাইবক।

চীংঙ্ ২ মগী কোললোয় মতীলমেন হুংঙোন মরারেপ খোইয়ম লাইগী রা অরুববু, নদাইরেম তয়ম ইরাকমা সৈদমপাল, লাইরেল চীংখোঙ য়াকৈরাকপু নংতবা, হেপলী পনথাং হৈত্তবা, ঈসৈ লিওঙ খঙদবা, তেংথা ময়েক চাদবা, রারী গীরোল ওইবদগী পোইরৈ মৈতৈরোলদা তেংথাজররকে। হে সভা লেংনা তিনবসিংও উনবী পূকনীং পীনা নাতাবীও।

কোরৌ হুমিৎমদা চীংঙ্ নোংথৌ সরারেলগা খোইয়ম মঙাই-রোয়বু লেংনা তিল, চীংঙ্ মহীসাংবু লেংনা ফাংনা, খোইয়ম বিধি রায়েনবসুঙ য়াঙনা ফমফমলিঙৈদা চীংঙ্ নোংথৌ সরারেলনা রাহমখিএ।

---

কোললোয় মতীলমেন—মরাহৈ। নদাইরেম—ননাই। তয়ম—ননাই। ইরাকমা—লাইরিক ইবা। সৈদমপাল—মহৈ তমখৎ-চরকলিবা। লাইরেল—মৈতৈ নিংথৌ। হেপলী পনথাং হৈত্তবা—সুর সন্দ খঙদবা, সৈহেক সৈদা খঙদবা। ঈসৈ লিওঙ খঙদবা—ঈসৈগী মওঙ মতৌ খঙদবা। তেংথা—মতিক মগুণ সকপা। পোইরৈ—মৈতৈ। তেংথাজররকে—মতিক মগুণ সকচরকে। সভা লেংনা তিনবসিংও—মীয়াম তিললিবসিংও। উনবী পূকনীং পীনা—পূক্নীং চঙনা, থরায় য়াঙনা। নাতাবীও—তাবীও। কোরৌ হুমিৎমদা—নোংমা। খোইয়ুম—লাই। মঙাইরোয়—মরুপ মপাং, ঙাই সেন। লেংনা তিন—ময়াম পুনবা। মহীসাং—সাগৈ নাতৈ, মনাই মসন। ফমফমলিঙৈদো—ময়াম ফম্মিন্নরিঙৈদা। রাহমখিএ—রা হায়খিএ।

হে চীংঙু ইহীসাং খোইয়ম ইঙাইরোয়সিংও! ইমোম লাইরুরা ৭ মনা চীংঙু ঐগীদমকপু সেবা থৌপুবা, য়োইময়াই তাউদনবা মাললেম অঙানবনা ময়ুম নেংপোক মরায়দগী লমহৌরকঙৈগী মখৈবু তাউদনবনা মতাঙ তেন, অঙানবনা খোকমৈ নেম, হুমিং থোঙলেল লুমখিরবস্তুঙ সেবা থৌগল লেমদে। জীব থরায় পানবা পূমনমককী অরা লৈখৈতববু, ইমোম লাইরুরা ৭ মবু থোইনা রাববু ১ লৈররোইএ হায়না পাউমেনববু, চীংঙু মহীসাং খোইয়ম মঙাইরোই কনা পাউথুমদরিঙৈ চীংঙু বিধি নোংদমবনা পাউথুমলকএ। হে চীংঙু নোংথৌ সরারেলও! নমোম লাইরুরা ৭ মনা রাবদি সমু হকচাঙ নাননা রাবনে। অরা লৈখৈতববু লৈরিএ।

---

চীংঙু—লাই। ইহীসাং—মরুপ মপাং, সাগৈ নাতৈ। ইঙাইরোয় —মরুপ মপিজা, ঙাই সেন। ইমোম—ইচানুপী। লাইরুরা— লাইনুরা। য়োইময়াই তাউদনবা—হুমিং। মাললেম—লৈপাক, পৃথি। নোংপোক মরায়দগী—নোংপোক থংবা মায়কৈদগী। লমহৌরকঙৈগী—থোরকঙৈগী। তাউদনবনা—হুমিংনা। অঙানবনা খোকমৈ নেম—হুমিংনা নেমথরকতুনা ময়ুম চঙলমদাই। হুমিং থোঙলেল লুমখিরবস্তুঙ—হুমিং ময়ুম চঙথরবস্তু। অরা লৈখৈতববু —অরাবগী ঙমখৈ লৈতববু। পাউমেনববু—রা হায়ববু। নমোম —নচানুপী। লাইরুরা—লাইনুরা। সমু—হকচাঙ। অরা লৈখৈতববু লৈরিএ—অরাবগী ঙমখৈ লৈতববু লৈরিএ।

নমোম লাইরুবা ৭ মবুদি নমু তাইবং মীনা থোইনা অব্বা লৈখে তাইএ। তাইবং মীওইবগী অরাবা মতৌ ওনথোকপা, নুংঙাইবা মতৌ নীংখীববু ব্রাহমলককে। বামোন খোইয়ম লাইবু নীংবা, দান ধর্ম তৌবা, পীজ হানয়েংদবা, পামু লনয়ীকতবা, জীব থব্রায় ঙাকপী-হৈবসিংনা মপোক লাংওন ১ রকতমুঙ নুংঙাই মহৈ চুমনা য়ালনা নুংঙাই মরাং কায়এ। তরা অচা রাংতা চৈরৈ অইল তমদনা, কাওবী সল লোইএ। তয়ম নাইকোল থলনা পাললে। পাপী লিনজেল ফংতবা, খোইয়ম লাইবু নীংদবা দান ধর্ম তৌদবা, অহিং চুরা খুরাল তমবা, সাইগঙ লৈহন কিদবা, মীরল পাবোং সেমবা, মীফম কায়দোংবা, নমু মীতমথি পূকনীং মকীং নাইবসিংনা মপোক লাংওন ১ রকতমুঙ তরা অচা রাং, চৈরৈ অইল তাম,

---

নমোম—নচামুপী। নমু তাইবং—মীওইবা। অব্বা লৈখে তাইএ—হেন্না ব্বাইএ, ব্বাবা হেল্লে। ব্রাহমলককে—ব্বা হায়রককে। বামোন—ব্রাহ্মণ। খোইয়ম—লাই। পীজ হানয়েংদবা—পীজবগী পেনবা নাইদবা। পামু লনয়ীকতবা—মরল পীথোকপদা পামুবা নাইদবা। তরা—চাক। চৈরৈ—ফি। অইল তমদনা—ইননিং-বদা ইন্দুনা। কাওবী—সল। তয়ম—মনাই, মীনাই। নাইকোল—মনাই মসল লৈনবা সঙ। খোইয়ম—লাই। খুরাল তমবা—হুরানবা। সাইগঙ লৈহন কিদবা—সগুন তৌবদা কিবা পোক্কবা। মীরল পাবোং সেমবা—মীগী মরল লৌসিন্দুনা থমবা। মীফম কায়দোংবা—মীবু উসিং থওইদবা। নমু মীতমথি—তমথিবা, হিংচা য়াইতম্বগুম্বা মী। পূকনীং মকীং নাইবা—মরৌ লৈবা। তরা—চাক। চৈরৈ অইল তাম—সেৎন ইন্নবা ফি রাংপা।

চৈরৈ খোঙ য়ৌদা, মাললৌ কোক ফংদা, লায়রা অতোলতা, থমলৌ অয়েং চেং, পান লায়থুং চঙনা মুংসি মখে লৈতনা মপাললিএ হায়না বিধি নোংদমবনা চীংঙু নোংথৌ সরারেলদা পাউথুমববু চীংঙু নোংথৌ সরারেলনা পাউমেললকএ।

হে চীংঙু ইহীসাং, খোইয়ম ইঙাইরোয়, চীংঙু বিধি নোংদমবও! চীংঙু নচীনলেন খোইয়ম কোললোয় নয়াথং অসিবু মাললেম তমপাক লৈদা কূমনা, তাইবং মীওইবগী মতৌ ঙনথোকপবু মীংয়েং সানকৈনীংএ হায়না কোরৌ মুমিংমদা চীংঙু নোংথৌ সরারেলন৷ তাইবং মীতৌ য়েংগে হায়বগী নমু তাইবং মীবু ওইনা মাললেম তমপাক লৈতারকলে হায়দবরা।

---

চৈরৈ খোঙ য়ৌদা—ফিনা খোঙ য়ৌনা কুপতবা। মাললৌ—ফি। লায়রা অতোলতা থমলৌ অয়েং চেং—লায়রবনা পৎ তংনা খ্বাইদগী তোল্লবা ওইদুনা। মপাললিএ—পাল্লিএ। চিংঙু—লাই। পাউমেললকএ—ব্রা হায়রকএ। চীংঙু—লাই। ইহীসাং—সাগে নাতৈ, মরুপ মপাঙ। খোইয়ম—লাই। ইঙাইরোয়—ঙাই সেন, মনাই মসল। নচীনলেন—নচিন। কোললোয় নয়াথং—নঙগী য়াথং। মাললেম—লৈপাক, পৃথি। মীংয়েং সানকৈনীংএ—য়েংনীংএ। কোরৌ মুমিংমদা—নোংমা। তাইবং মীতৌ—তাইবং মীগী মতৌ। নমু তাইবং মীবু ওইনা--তাইবং মীওইবগী মসক ওইনা।

চীংঙু সিদবনা মায়কৈ লমদম য়েংনা য়াংলৌ লমদাঙ সীংলকপদা, য়াংলৌ লমমখাঙদা নমু তাইবং মীওইবা ১ না লায়রা অতোলতা খমলৌ অয়েং চেংবগী, তানলোয় সীংজা লাংনা সীংজা লুথোংননা, লবাই কোয়রেল সানা, য়াংলৌ লমদাঙ সীংলকপবু লমওকনরে। চীংঙু নোংথৌ সরায়েলনা নমু তাইবং মীবু ওইনা পাউহংখিএ।

হে পনথৌ তানলোয় সীংজা লাংবও! অরা হকচোক লাংনা কদৌবগী তানলোয় সীংজা পুরিবনো হায়না পাউহংববু অরা হকনা চোকলবগী য়াথং অখা থোকনা পাউখুমলকএ।

---

য়াংলৌ লমদাঙ সীংলকপদা—লম্বীগী মতুং ইন্না চংলকপদা। য়াংলৌ লমমখাঙদা—লম্বী লমখাঙদা। লায়রা অতোলতা খমলৌ অয়েং চেংবগী—লায়রবনা খম থেংহুনা অতোনবা, অনংবা ওইবগী। তানলোয় সীংজা লাংনা—মৈ থাননবা সীং চনহুনা। সীংজা লুথোংননা—কোকথক্তা সীং পুহুনা। য়াংলৌ লমদাঙ সীংলকপবু—লম্বীগী মতুং ইন্না চংলকপবু, লাকপবু। লমওকনরে—লম্বীদা ওকনরে। চীংঙু—লাই। নমু তাইবং মী—তাইবং মীওইবা। পাউহংখিএ—রা হংখিএ। পনথৌ—ইপা। তানলোয় সীংজা লাংবও—থাননবা সীং চললিবও। অরা হকচোক লাংনা—রাবনা হকচাঙ চোকথনা। তানলোয় সীংজা—মৈ থাননবা সীং। পাউহংববু—রা হংববু। অরা হকনা চোকলবগী—রাবনা হকচাঙ চোকথরহুনা। য়াথং অখা থোকনা—অথীবা রাহৈ খোনফম সিজিন্নহুনা। পাউখুমলকএ—খুমলকএ।

লায়রা অতোলতা খমলো অয়েং চেংবগী তানলোয় সীংজা লাংলুবনে। নপল তাংসকতবগী ঐবু ভাইনোকনরঙেনে হায়না পাউখুমলমএ। অতুস্নুঙ মদোমদে।

য়াংলো লমখাঙমদা নমু তাইবং মীওইবা ১ না লোইমোম পাবোৎ সেমনা পুরকপবু য়াংলো লমমখাঙদা লমওকনরে। চীংঙু সিদবনা পাউহংখিএ। হে পনথো য়াংলো লমদাঙ সীৎলকপও! অব্রা হুইরাং সোন, হুমাং লোকঈ কানা, কদৌবগী লোইমোম পাবোৎ পুরিবনো হায়না পাউহংববু, হোয়দা ইমাল লায়রা অতোল তাবগী খমলো অয়েং চেংবগী ইপল লৌরায় অতামবদগী

---

লায়রা অতোল তা খমলো অয়েং চেংবগী—লায়রবনা পৎ তৎনা নংতুনা। নপল তাংসকতবগী—নপানা ব্রায়ক-ব্রাতেমদবগী। ভাই-নোকনরঙেনে—নোকনরিবনে। অতুস্নুঙ মদোমদে—অসিনস্নু লোইত্রি, অতৈস্নু লৈরি। য়াংলো লমখাঙমদা—লম্বী লমখাঙ অমদা। লোইমোম—ফৌ। য়াংলো লমমখাঙদা লমওকনরে—লম্বী লমখাঙদা ওক্লরে। চীংঙু সিদবনা—নোংথো সব্লারেলনা। পাউহংখিএ—ব্রা হংখিএ। পনথো—ইপা। য়াংলো লমদাঙ সীৎলকপও—লম্বী খুতুং ইন্না লাকলিবও। অব্রা হুইরাং সোন—ব্রাবনা সদো থোংনা। হুমাং লোকঈ কানা—হুমাংনা পুমচোৎ চোৎনা। লোইমোম—ফৌ। পাউহংববু—ব্রা হংববু। ইমাল—ইকু। ইপল—ইপা।

লোইমোম ফোগং লাংলুবনে হায়না য়াথং কললক থোকনা পাউখুম-লমএ। অহুম্নুঙ মদোমদে।

য়াংলৌ লমথাঙ ১ দা, মোমনু মুজা ১ না তুংগোল ৱাইরৌ তুংথংনা, মোমনু ফৈবাক তামুল লং, কান্দ কিসি লোংবু লোঙথ্রাই মাঙইননা, ফুমবী চিদাই কাঙ, মাললেম লৈখোম তৈনা, লেমলৈ ঙারং তানথঙামববু চীংঙ চেংলৌ মীৎথীংলবগী চীংঙ সিদবনা পাউহংখিএ। হে পললেম ইমা মানবীও! কদোবগী মালেম লৈখোম তৈ, ককঈ ইচুম থাংনা, লাইজা পাসানবনো হায়না পাউহংববু মুজা চৈনলেন অথা থোকনা পাউখুমলকএ। হোয়দা

---

লোইমোম ফোগং লাংলুবনে—ফৌ লৌকহুনা পুরকপনে। কললক থোকনা—পেননা। অহুম্নুঙ মদোমদে—অসিনস্নু লোইদ্রি। য়াংলৌ—লম্বী। মোমনু—মুপী ওইবী। তুংগোল ৱাইরৌ তুংথংনা—ঙা হাপনবা তুংগোলবু তুংলোম থংনা য়ান্দুনা। মোমনু ফৈবাক তামুল লং—মুপী ওইবীগী ফৈবাক্তা তাহুনা চিংবা লং। কান্দ কিসি লোংবু—কান্দনা কিসি কিহুনা সাবা লোং। মাঙইননা—মাঙ্গলোমদা ইননা। ফুমবী চিদাই কাঙ—ঈসিংদা লৈবা ফুমগী মচী কাঙহুনা। মাললেম—লৈপাক। লেমলৈ ঙারং তানথঙামববু—ঙা ফাববু। চেংলৌ মীৎথীংলবগী—উরবগী। পাউহংখিএ—ৱা হংখিএ। পললেম—ইমা। মালেম—লৈপাক। লাইজা পাসানবনো—ঈসিংদা কুমবনো। মুজা—মুপী, নহা ওইরবী মুপী। চৈনলেন অথা থোকনা—মচীন্দা অথীবা ৱাহৈ সিজিন্নহুনা। পাউ-খুমলকএ—খুমলকএ।

লায়রা অতোলতা, খমলৌ অয়েং চেংবগী, ইপারি নাউথাকনা ইমোম নাউহমনববু লেমলৈ ঙারং তাললিবনে হায়না পাউখুমখিএ। চীংঙু নোংথৌ সরারেলদি মুজা কোললোয় মপাউ তানা তাঙজা ইকায়খিএ, হূইয়ায় পোনবী সেনগোই হাঙখিএ হায়দবরা। অতুসুঙ মদোমদে।

য়াংলৌ লমথাঙমদা পাখং খুৎলঙ লেংফাং তিলনা, মানবী তুংইন্ননা, আরং ঙমগা পোই, তিতি ঙমগা চিংনা খাললৈ লৌখোই-ঙামএ। হনমু ময়াই কা, হনবা লেংগা চলনা, তন্নম মীনাই শুইবনিগীনা, মপু থৌদাখোলবু মায় মৈচীন ওনফদবগী কাললেল

---

ইপারি—ইচানিপা। নাউথাকনা—অঙাং থাকননবা। ইমোম—ইচান্নুপী। নাউহমনববু—অঙাং পীজনবা। লেমলৈ ঙারং তাল-লিবনে—ঙা ফারিবনে। কোললোয়—মরাহৈ। তাঙজা ইকায়খিএ—মমায় ইকায়খিএ। হূইয়ায় পোনবী সেনগোই হাঙখিএ—ইকায়বা নংখিএ। অতুসুঙ মদোমদে—অসিনসু লোইবা নত্রি। য়াংলৌ লমথাঙমদা—লম্বী লমথাঙ অমদা। লেংফাং তিলনা—পরেং লেংতুনা। মানবী তুংইন্ননা—সলগী মতুং ইন্ননা। আরং ঙমগা চিংনা—য়েৎলোমদগী ওয়রোমদা অমদি ওয়রোমদগী য়েৎলোমদা চৎতুনা। খাললৈ লৌখোইঙামএ—লৌবুক্তা লৌ খোইরমএ। হনমু ময়াই কা—অহল ওইবা, হনুরবা। হনবা লেংগা চননা—চহি য়াম্নবা, হনুরবা মীগী লেংগ ওইনা। তন্নম—মনাই। মায় মৈচীন ওনফদবগী—ঙম্মোই হায়ফদবগী।

মুংসা তরং হৌবগী লৌরী সেনতোই কানঙম্মদববু খোইয়ম চেংলৌ মীৎথীৎলবগী, চীংঙু নোংথৌ সরারেলনা ব্রাহমখিএ। হে পন্নথৌ হনন্নু ময়াই কারবও! মানবী তুংইননববু অব্রা হকনা চোকলবদি থৌরৈ ঐনা তেংবাংবিগে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী, হৱাউ মখৈ লৈতনা হোয়ব্রাজরবদা চীংঙু নোংথৌ সরারেলনা লাংগোল খুৎসু পায়না মানবী তুংইননবা, পাংগল তেংবাংলুববু তেংপাক লাললু সাঙমলবগী খোইয়ম খুয়া কুরোংস হুনা অব্রা হকনা চোকলে হায়দবরা। অতুস্মুঙ মদোমদে।

চীংঙু নোংথৌ সরারেলনা নমু তাইবং মীওইবগী অব্রাবা মতৌ ওনথোকপদি উরে অকবা কুমৈ মুংঙাইববু য়েংলুখিগে হায়না উখোঙ অব্রা পোৎথাদা, উখা য়াংলৌ লমদনদা, নগর খুলগঙ

---

লৌরী সেনতোই কানঙমদববু—লৌবুক্তী লৌরী কানবা ঙমদববু। ব্রাহমখিএ—ব্রা হায়খিএ। হনন্নু ময়াই কারবও—অহল ওইরবও। মানবী—সল। থৌরৈ ঐনা তেংবাংবীগে—থক্ক অতু ঐহাক নতেং পাংবিগে। নাতারবগী—তারবগী। হোয়ব্রাজরবদা—হোয় হায়না ব্রাজরবদা। মানবী তুংইননবা—সল্লগী তুং ইন্না। তেংপাক লাললু সাঙমলবগী—লৈপাক অতু লৈতুম ওইরম্বদগী। অব্রা হকনা চোকলে—ব্রাবনা হকচাঙ চোকথরে। অতুস্মুঙ মদোমদে—অসিনস্মু লোইদ্রি। চীংঙু—লাই। নমু—তাইবং মী। য়াংলৌ—লম্বী

কোয়না মীৎয়েং সানখৈরকপবু তাইবং খুননিংথৌগী সনা য়োইকোন-ছুংবু য়োরকলে। নিংথৌ সনা য়োইকোনছুংদি ছুংঙাই মথৈ লৈতে। লিকলাই যুমবীনা তরেঙ ওইএ। মিংসেল কাইতোম্ব চলনা ফকলাং নাকথীং ওইএ। কোরৌ নোংলুপাল অঙৌবনা উরা হুমদাং ওইনৈএ। মালেম লৈম্না অঙাঙবনা চানাকপু ওইনা য়ুম কুপনৈএ। সঙগায় মতৌ ওনথোকপা, চেংলৌ মীৎপু লংনা, তকুপ মায়রেঙ হৌবগী পোনবী চেকয়াম পাইবনা সোংকিনৈএ হায়দবরা।

নিংথৌ সনা মৈরেপাকত্তি নমু মীয়াম তিনবগী মীনোকখোল মাননা ছুংঙাই মথৈ লৈতে। নিংথৌ সনা কৈথেললেলম্বু কৈথেল লুকমায় থলনা পোৎলোই মসীং স্নুইএ। মুক্তা মীয়াম তিননা ছুংঙাই মরাঙ কায়এ। পাখং লেংনা তিনবগা নুরা মরূপ লেংফাং তিনবগা মীনোকখোল মাননৈএ হায়দবরা।

---

মীৎয়েং সানখৈরকপবু—য়েংলকপবু। তাইবং মীওইবা—মীওইবা। খুননিংথৌগী—লৈপাক নিংথৌগী। যোইকোনছুংবু—নিংথৌগী কোনুংবু। লিকলাই যুম্বী—অরংবা লীকলীগী, হিরাগী যুম্বী। তরেঙ-যুম্বীরেল। কোরৌ নোংলুপাল অঙৌবা—লূপা। মালেম লেম্না অঙাঙবা—সনা। চানাকপু ওইনা—যুম কুপনবা ই ওইনা। তকুপ মায়রেঙ হৌবগী—লংবনা মীৎ মায় থকপগী। পোনবী চেকযাম পাইবনা—উচেক ময়াম পাইবনা। সোংকিনৈএ—কিনৈএ। পোৎলোই—মপোৎ মচৈ। লেংনা তিনবগা—ময়াম পুনবগা। লেংফাং—পরেং সান্না। মীনোকখোল—নোকপগী খোঞ্জেল, মখোল।

চীংঙু নোংথৌ সরারেল, থংবা নোংনিংথৌনা তাইবং নোংসাপালগী অরাবা মতৌ ওনথোকপবু, মুংঙাই কুমৈ নীংথিববু য়েংলিঙৈদা য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবনা মতাঙ তেন, অঙানবনা থোকমৈ নেম, নুমিৎ থোঙলেল লুমখিবনা হানখিরবগী চীংঙু থংবা নোংনিংথৌদি কোরৌ নোংদোলথকতা কাঙমদরবগী খোইয়ম চেংলৌ মসক ওন, ঝুলনী (ঝুলী), থাউজাউ থাং, য়ুবি খুজাই খুৎতসু, য়োংপী চৈসু পালোইননা, লমবোই সৈন্যাসী (সন্যাসী) খুল কোয়ববু সানা খুলগঙলোই মথৈগী য়ুমলেল মতাই থংবা ১ দা রাহমখিএ।

হে পললেম ইমা মানবী হনমু ময়াই কারবীও! নপারি লমবোই ঐবু মায়কৈ লমদম অতামবদগী য়াংলৌ লমদাঙ সীৎলকপবু,

---

চীংঙু—লাই। থংবা নোংনিংথৌ—নোংথৌ সরারেল। তাইবং নোংসাপাল—তাইবংপানবা, সংসার। য়োইময়াই লাইরেল তাউ-দনবা—কোরৌহনবা, নুমিৎ। মতাঙ তেন—মতম তেনবা। অঙানবনা থোকমৈ নেম—নুমিৎ তারমদাইগী নেমথরকপা। নুমিৎ থোঙলেল লুমখিবনা—নুমিৎ ময়ুম চঙখিবনা। চীংঙু থংবা নোং-নিংথৌ—লাই সরারেল। খোইয়ম—লাই। চেংলৌ—মসক, সক্রম। খুৎতসু—খুৎতা পায়বা। য়োংপী চৈসু—য়োংচৈ, য়োংকী চৈসু। পালোইননা—পায়দুনা। খুলগঙলোই মথৈগী—খুঙ্গঙ পুম্নমক্কী। রাহমখিএ—রা হায়খিএ। পললেম—ইমা। হনমু ময়াই কারবী—অহল ওইরবী, হমুরবী। নপারি—নচানিপা। লমদম অতামবদগী—লম অথাম্বদগী। য়াংলৌ লমদাঙ সীৎলকপবু—লম্বী লমদাঙ চৎলকপবু।

অঙানবনা মতাঙ তেন হুমিৎ থোঙলেন লুমখিবনা হানখিবনে, হৈরাল মোংবা য়ুমলেনয়ায়বু তালঙমদরে। মোংবা নরালয়ায় অসিদা অসী কৌবা ইন্নুংমবু কৌবা য়ায়রেকলমগে, চীংন্নুং ঐবু নোংফাইরমগে। চীংলেন নোংগা ঙাললবদা হৈরাল ওনদেখিগে হায়না পাউমেনববু হনন্নু ময়াই কারবীনা পাউখুমলকএ। হে পারি লৈরাং মতম মানবা, সৈন্যাসী ( সন্যাসী ) লংবোই লাইবু নীংবও! হৈরাল মোংবয়ায় অসিবু লায়রা অতোল তাইএ থমলৌ অয়েং চেংএ চরৈ লন খাইঙমলোইএ। ব্রারম মতৌ ১ হুঙ হৈনোংয়ায় অপিসাবু নাউনৌবগী খামবী মৈনীং হিপপব তৌরাং ফকচা লোকতরিএ। তরা খুৎপুনমবু হুকফরোইএ য়ুমলেল অমাংববু ওইরিএ। হৈপারি

---

অঙানবনা মতাঙ তেন—হুমিংনা ঙানবগী মতম তেনবা। হুমিৎ থোঙলেন লুমখিবনা—হুমিৎনা ময়ুম চঙখিহুনা, হুমিৎ তাখিহুনা। হৈরাল মোংবা—ঐগী য়ুম, হৈয়ুম। তালঙমদরে—য়ৌনবা চৎপা ঙমদরে। মোংবা নরালয়ায়—নঙগী নয়ুম। অসী কৌবা ইন্নুংমবু—ঙসী অহিংসিমবু। কৌবা য়ায়রেকলমগে—অহিং লেকলমগে। চীংন্নুং ঐবু নোংফাইরমগে—অহিংসিমতং ফাইরমগে। চীংলেন নোংগা ঙাললবদা—নোংঙাল্লবদা। হৈরাল ওনদেখিগে—হৈয়ুমদা হনখিগে। চরৈ লন খাইঙমলোইএ—ফি খাইবা ঙমলোইএ। হৈনোংয়ায়—হৈস্নুনিপা। অপিসাবু—অপিকপবু। তৌরাং ফকচা লোকতরিএ—য়ুম সেংবগী ফক, ফম হৌগৎতরিএ। তরা খুৎপুনমবু হুকফরোই—চাক চখোম অমফাওবা চাফরোই।

মুংচানবস্মুঙ মপু থোদা চৎখ্রিএ হায়না পাউখুমববু, চীংঙু সিদবমা রাহমখিএ। হে পললেম হনমু ময়াই কারবীগু! তরা নঙগী খুৎপুনমসুঙ চারোইএ চরৈ নঙগী ফিরোলমস্মুঙ থাইগুনো সরীক নঙগী লাইখলমুং, মাংগোল নঙগী খেলচঙথক অসিদা অসী কোরৌ ইমুংমবু কৌবা য়ায়রেকলমগে, চীংমুং এবু নোংফাক্তরমগে। হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবগা ইরাল ওনদেখিগে, ইচীং হলরায়খিগে হায়না পাউমেললবদা হনমু ময়াই কারবীনা পারি মাস্মুঙ মালগুমবনে হায়না উনবী পূকনীং মুংসি চঙলবগী সরীক লাইখলমুং মাংগোল খেলচঙথকতা ফকলোং চরাই থানা য়োয়চানবীরে হায়দবরা।

---

রাহমখিএ—হায়খিএ। পললেম—ইমা। হনমু ময়াই কারবীও—অহল ওইরবীও। তরা—চাক। খুৎপুনমসুঙ—চথোম অমতসু। চরৈ—ফি। সরীক—লাইখল তাবা য়ুম। অসী কোরৌ ইমুংমবু—ওসী অহিংসিমতবু। কৌবা য়ায়রেকলমগে—য়্যারেকলমগে, লেকলমগে। হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবগা—হয়েং নোংঙাল্লগা। ইরাল ওনদেখিগে—ইয়ুমদা হনখিগে। ইচীং হলরাইখিগে—ইয়ুমদা হনখিগে। পাউমেললবদা—হায়রবদা। উনবী পূকনীং মুংসি চঙলবগী—মপূক্রীংদা মুংসিবা পোকলদুনা। সরীক লাইখলমুং—লাইখল তাবা য়ুমগী। মাংগোল খেলচঙথকতা—য়ুমগী মাংগোলদা। ফকলোং চরাই থানা—ফক থাদুনা। য়োয়চানবীরে—চানবীরে।

হনজু ময়াই কারবীস্তুও মনোংয়ায়বু নাউনৌবগী হয়েং কোরৌ হুমিংতি তৌরাঙ ফকচা লোকনা, য়ুপাল য়ুমসেং নোংবু ওইরে। "অসী ইমুং সোয়গায়মদা হে খোইয়ম ইবুংঙ! চীংঙ বিধি নোংদমবা মঙনা ইনোংয়াম্ব নাউরা অপিসা অসিবু পুনসী চেঙজেল কুইবা, তোললোই মহৈ চাববু লনকুবিরমও" হায়না তাউজীং হৈরুক সেম, ঘোং (ঘট) লাইজা ঈমায় চোল, পোংলোই মসীংস্তু, তাউজীং নানৌ থেং জোপ (যব) লোইমোম ফৌ ময়োন, তিংথৌ লৈয়োন সং, চেঙ থোংইদিং য়াও, ধূপ মৈথু চাউনা কা, য়েরুম মমায় চোল, দোসি মৈরা চাউনা থালনা ঙাইখমলে হায়দবরা।

---

মনোংয়ায়বু—মসুনিপাবু। নাউনৌবগী—অঙাং উনবগী। তৌরাঙ ফকচা লোকনা—য়ুম সেংবগী ফম হৌগৎতুনা। য়ুপাল য়ুমসেং নোংবু ওইরে—চাবোকপগী য়ুমসেংবা মুমিং ওইরে। অসী ইনুং সোয়গায়মদা—ঙসী অহিংসিদা। ইবুংঙ—ইবুংঙো। ইনোংয়ায় —ইসুনিপা। নাউরা—অঙাং। অপিসা—অপিকপা। পুনসী চেঙজেল কুইবা—পুন্সী মুংসাংবা। তোললোই মহৈ চাবা—মতোল্ল লোমনা মহৈ চাবা। লনকুবিরমও—খোজানবীরমও। তাউজীং —হৈ। লাইজা—ঈসিং। তাউজীং—হৈ। নানৌ—মনা অনৌবা। লোইমোম—ফৌ। ঙাইখমলে—ঙাইহনা লৈরে।

চীংঙু বিধি নোংদমবম্বুঙ নমু তাইবং মীওইবগী য়ুপাল য়ুমসেং নোংদা, লাইবক খেললাই থোঙদা, সীংতুম নীংগোয় য়েক, অনজি লাইয়ুম থানা লাইবক খেলল.ই ইবনিগীনা, নাউরা অপিসাগী লাইবক খেললাই ইগে হায়না চঙলকপবু চীংঙু নোংনিংথৌদি উরৌদরে। খোইয়ম বিধি নোংদমবনা নাউরা লাইবক খেললাই থোঙদা "হে নাউরা অপিসা-ও! নঙদি লায়রা অতোল তানা পুনসী চেঙজেল কুইনা পাল্লে।" হায়না ইরমলবগা খোইয়ম থিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইরকপদা চীংঙু নোংথৌ সরারেলনা চেংলৌ মীংথীংলবগী থংবা নোংনিংথৌনা পাউইংলকএ।

---

নমু তাইবং—মীওইবা। য়ুপাল য়ুমসেং নোংদা—চাবোকপগী য়ুম সেংবা নুমিৎতা। খেললাই—মীগী লাইবক, মরাইবক। সীংতুম নীংগোয় য়েক—কলম পায়তুনা লাইরিক ইবা। লাইবক খেললাই ইবনিগীনা—মীগী মরায়বক্তা থোকলগদবা, ওইরগদবা ইনথগীদমক। নাউরা অপিসাগী—অপিকপা অঙাংগী। চীংঙু নোংনিংথৌদি—সরারেলদি। উরৌদরে—উহৌদরে। খোইয়ম—লাই। নাউরা লাইবক খেললাই থোঙদা—অঙাংগী মরাইবক্তা। নাউরা অপিসা-ও—অপীকপা অঙাং-ও। লায়রা অতোল তানা—অতোনবা, অনঙবা লায়রবা ওইনা। পুনসী চেঙজেল কুইনা পাললো—পুন্সী সাংনা পাললো। খোইয়ম—লাই। থিংলৌ নীংনা তেনা হলরাইরকপদা—হল্লকপদা। চেংলৌ মীংথীংলবগী—মমীংনা উরহুনা।

হে বিধি নোংদমবও ! চীংঙু নঙবু মায়কৈ লমদম কদায়রমগী লাকপনো হায়না পাউহংববু, চীংঙু বিধি নোংদমবনা পাউখুমলকএ। "হে চীংঙু থংবা নোংনিংথৌও ! নাউরা অপিসা অসিগী তৌরাং ফকচা লোকপগী লাইবক খেললাই ইরুইএ" হায়না পাউখুমলবদা, চীংঙু সিদবনা কোললোয় অমেঙবা, য়াথং নীংথিবনা রাহমলকএ। "হে বিধি নোংদমবও ! নাউরা অপিসা অসিগী মরাল মোংবা য়ুম-লেলয়ায় অসিবু চীংঙু ঐগী য়াংলৌ লমদনফমবু ওইঙামলে। নাউরা লাইবক খেললাই ইববু মীৎয়েং সানকৈরুখিগে" হায়না থৌখাম-ঙমলবগা থংবা নোংনিংথৌদি নাউরা লাইবক খেললাই থোঙদা

---

মায়কৈ লমদম কদায়রমগী—মায়কৈ কদোমদগী, করি লমদগী। পাউহংববু—হংববু। পাউখুমলকএ—খুমলকএ। নাউরা অপিসা—অপীকপা অঙাং। তৌরাং ফকচা লোকপগী—চাবোকপগী য়ুম সেংতুনা ফম হৌগৎপগী। কোললোয় অমেঙবা—অথোৎপা রাহৈ। রাহমলকএ—হায়রকএ। নাউরা অপিসা অসিগী—অপীকপা অঙাং অসিগী। মরাল মোংবা—ময়ুম। চীংঙু—লাই। য়াংলৌ লমদনফম—লম্বীদা পন্দুনা পোথাফম। ওইঙামলে—ওইরমলে। নাউরা—অঙাং। লাইবক খেললাই ইববু—মরাইবক্তা অফ ফত্ত তমবীবা। মীৎয়েং সানকৈরুখিগে—য়েংলুখিগে। থৌখামঙমলবগা—খামহনা থমলমলগা। নাউরা লাইবক খেললাই থোঙদা—অঙাংগী মরাইবক্তা।

মীৎয়েং সানকৈরুববু, লায়রা অতোল তানা পুনসী চেঙজেল কুইনা পায়রও য়য়ুরা উরববু চেংলো মীৎথীংলবগী, চীংঙু খিদবনা য়াহমলকএ। "হে বিবি নোংদমরও! নাউরা অপিসা অসিবু চীংঙু নরকু, খোইয়ম নথৌজালবু য়াইফ মরাং কায়বা, তোললোই মহৈ চাবা, পুনসী চেঙজেল কুইববু বর ললকুবীরমও" হায়না য়াহমববু, চীংঙু বিবি নোংদমবনা পাউখুমলকএ।

"হে চীংঙু নোংনিংথৌও! নমু তাইবং মীওইবা অসিবু কোরৌ মুমিৎ ১ দা অমল খমলৈ কুমবমুঙ ১০০ নে। পললেম পীবুকচুংগী নাউনৌবমুঙ ১০০ নে। নমু মীপোক য়ামএ। অহুগী

---

মীৎয়েং সানকৈরুববু—য়েংলুববু। লায়রা অতোল তানা—লায়রবা, অতোলরা ওইনা। পুনসী চেঙজেল কুইনা—পুন্সী সাংনা। চেংলো মীৎথীংলবগী—উরবগী। য়াহমলকএ—হায়রকএ। নাউরা অপিসা অসিবু—অগীকপা অঙাং অসিবু। চীংঙু—লাই। নরকু—নথৌজাল। খোইয়ম—লাই। য়াইফ মরাঙ কায়বা—মুংঙাই য়াইফবা। তোললোই মহৈ চাবা—পুন্সী মতোল লোমনা অরাং অপা লৈতবা। পুনসী চেঙজেল কুইববু—পুন্সী মুংসাংববু। বর ললকুবীরমও—থৌজালবীরমও। য়াহমববু—হায়ববু। নমু তাইবং—মীওইবা। কোরৌ মুমিৎ ১ দা—নোংমা। অমল খমলৈ কুমবমুঙ—সিরমু। পললেম পীবুকচুংগী—মমা পুকচুংগী। নাউনৌ-বমুঙ—অঙাং উনরমু, পোকপমু। নমু মীপোক য়ামএ—মী পোকপা মসীং য়ামমে।

কাইবক থেললাইহ ইববু, সাগৈ ঙাইরী থিফদে, অচাল অন্নাব নাইফদে, তৌজ মহৈমলবু মহৈবীএ। নাউরা অপিসা অসিবু লহান লাংগম মপোক ১ রকতা তৌজ মহৈমলবু লৈতে, অক সীংদা চনফরোইএ" হায়না রাকললবদা চীংঙ নোংথৌ সম্মারেলনা রাহমলকএ।

"হে খিখি নোংদমবও। নাউরা অপিসা অসিবু তৌজ মহৈমলবু লৈতস্নুনো। চীংঙ এখী য়াংলৌ লমদনফমবু ঙইরমলে। চীংঙ এবু য়েংনা অক সীংদা চননা ইবীরমও" হায়না পাউমেনবু খিখি নোংদমবনা পাউমেললকএ—"হে চীংঙ নোংথৌ সম্মারেলও। চায়গুনো নাউরা অসিবু তৌজ মহৈ লৈতে অক সীংদা চনফরোইএ" হায়না রাকললববু হোয়য়াদনা চীংঙ সিদবনা রাহমলকএ—"হে খিখি

---

সাগৈ ঙাইরী—ঙাই স্নেন, সাগৈগী মরী মতা। তৌজ মহৈমলবু —মানা মানা তৌজবগী মহৈ। লহান লাংগন মপোক—নহানমুক্কী মপোক। রাকললবদা—রা হায়বা য়াত্রবদা। রাহমলকএ—হায়রকএ। নাউরা অপিসা অসিবু—অপীক্কপা অঙাং অসিবু। তৌজ মহৈমলবু লৈতস্নুনো—মানা তৌজরকপগী মহৈবু লৈতসনু। চীংঙ—লাই। য়াংলৌ লমদনফম - অপী লমথ.ত্তদা প.নফম, থুংফম। পাউমেনবু —হায়লবু। পাউমেললকএ—হায়রকএ। হায়গুনো—হায়লনো। নাউরা—অঙাং। তৌজ মহৈ লৈতে—তৌজরকপগী মহৈ, ফল লৈতে। রাকললবরু—হায়ব য়াত্রবু। হোয়য়াদনা—হোয় হ.য়না য়াদনা। রাহমলকএ—হায়রকএ।

নোংদমবও! চীংঙু ঐবু লাইগী নিংথৌনে। খোইয়ম চীনগোয় ইয়াথংবু কোরৌ নোংদা কাফরোইএ, মাললেম লৈদস্নুঙ তাফরোইএ। নাউরা অপিসা অসিবু অফ সীংদা চলহললমও" হায়না চীংঙু ২ মদী নিংঙাই সাংদাননরবগী চীংঙু বিধি নোংদমবনা য়াইবী কলহৌনিক তিললাং মখোয় সাউনা, "হে নাউরা অপিসা-ও নাউরা মীরোল থোকনা অঙাং খোঙকাপ রালহৈরকলবদা লিকলাই অঙোপামবা মপারিবু ওইরুও। অচাউ লেপফারা সাংবা লমঙমলকলবদা, নরপোং নিংথৌগী মমোমলোন সনা খোমমদোনবু লৌও। হোম জৈগ্য (যজ্ঞ) মতোল লোম, বিবাহ লুহোং থৌবু লোইরবগা কোরৌ নুমিৎ ৫ নি সুবদা হৈয়ু নমুং সা-ও, মুংনাং ননা লেকও।

---

চীংঙু—লাই। চীনগোয় ইয়াথংবু—ঐগী য়াথংবু। মাললেম—লৈপাক, পৃথ্বি। নাউরা অপিসা অসিবু—অপীকপা অঙাং অসিবু। নিংঙাই সাংদাননরবগী—নিংঙাই তৌদুনা মরৈ য়েৎনরবগী। য়াইবী কলহৌনিক তিললাং মখোয় সাউনা—খোয়দৌ থিৎনা সাউদুনা। নাউরা অপিসা-ও—অপীকপা অঙাংও। খোঙকাপ রালহৈরকলবদা—চৎপা ঙমলকলবদা। লিকলাই মপারি—নিংথৌগী মচানিপা। অচাউ লেপফারা সাংবা লমঙমলকলবদা—চাউবা মপুঙ মরৈ ফারবা মতমদা। মমোমলোন—মচানুপী। হৈয়ু নমুংসা-ও মুংনাং ননা লেকও—অনা লাইওঙ থঙদনা য়াম্না কম্না নারো।

কোয়ৌ মুমিং ৭ নি শুবদা অমল খমলৈ কূমও। লাংহৈ চহী ১৫ শুবদা পুনসী চেঙজেল লোমও" হায়না হুয়মলবগা চীংঙু বিধি নোংদমবনা ৱাহমলকএ।

হে চীংঙু নোংথৌ সয়ারেল, থংবা নোংনিংথৌও! চীংঙু সনা নয়াথংবু হেপথোকফদবগী অফ সীংদা চননা হুয়মলবনে। নমু তাইবং মীওইবা অসিবু মোংমা ১০০ সিএ নোংমা ১০০ পোকএ। অতুগী থাঙভা য়ুমবুম হাঙদা, লৈকাই পলসাং কেলনা, নমু মীপূম হাঙদনা লাইবক খেললাই থোঙদা অফ ফত্ত ইরুববু হুমুং কৌবা সোয়বনা হাললগবয়া খঙদে হায়না খোইয়ম বিধি নোংদমবদি খোঙকাপ নাওরৈ থাং, অচেল খোঙলৈ য়াঙনা হলরাইথিরে চায়দবরা।

---

অমল খমলৈ কূমও—সিও, নোঙ্গা-ও। ৱাহমলকএ—ৱা হায়রকএ। চীংঙু—লাই। নোংথৌ সয়ারেল—সর্গগী, লাইরৈপাক্কী লাইগী নিংথৌ। নয়াথংবু—মঙগী য়াথংবু। হেপথোকফদবগী—হিক্তোকপা য়াদবগী। অফ সীংদা চলনা—অফবগী মচুং চন্না। নমু তাইবং—মীওইবা। থাঙভা য়ুমবুম হাঙদা লৈকাই পলসাং কেলনা—কৈরোয় লৈকাই মীনা লৈরিক লৈরাক থন্না। লাইবক খেললাই থোঙদা—লাইবক্তা। হুমুং কৌবা সোয়বনা—নোংভানবনা। খোঙকাপ নাওরৈ থাং—খোঙ সান্দুনা। অচেল খোঙলৈ য়াঙনা—থুনা য়াঙনা চেন্দুনা। হলরাইথিরে—হনথরে।

চীংঙ্ নোংথৌ সরারেলদি বিধি কোললোয় ময়াথংবু, অফ রাবু খজিকলবগী লাইরিক মতোল লোমনা য়েংলোদরে হায়দবরা। ১ রক উনবী লৈনীংসিংনা নাউরা লাইবক খেললাই থোঙদা মীংয়েং সানকৈরুববু নাউরা য়েলহৌফনা ইগুম, তোললোই য়াইথী রাবু লৈঙমলবগী চীংঙ্ নোংথৌ সরারেলদি উনবী পূকনীং সুম, তকলৌ সিতং সোননা সোলমোইখিএ হায়দবরা।

হে নমু পোংওইবা, সভা লেংনা তিনবসিংও! বিধি নোংদম-খোলবু চীংঙ্ নোংথৌ সরারেলনচিংবনা খেৎঙমদে হায়দবরা। হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবদা চীংঙ্ সিদবনা রাহমখিএ।

---

অফ রাবু খজিকলবগী—অফবা রা ওইরমলগনি নীংতুনা। মতোল লোমনা—লোইনা, লোইবফাওবা। য়েংলোদরে—য়েংহৌদরে। উনবী লৈনীংসিংনা—পুক্লীংদা নীংসিংনা। মীংয়েং সানকৈরুববু—য়েংলুববু। নাউরা য়েলহৌফনা ইগুম—অঙাং অতুগী হৌগৎলকপদ মরাইবক ফবা ওইনা ইবগুম। তোললোই য়াইথী রাবু লৈঙমলবগী—অরোইবা সরুক্তা ফত্তবা রাবু লৈরমলবগী। উনবী—পুক্লীং। তকলৌ সিতং সোননা—তকসি সোন্দুনা। সোলমোইখিএ—মচীন্দা মুরুম মুরুম সোনখিএ। নমু পোং—তাইবং মীওইবা। সভা—মীয়াম। খেৎঙমদে—খেৎতোকপা ঙমদে। হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবগা—হয়েং নোং ঙাল্লগা। চীংঙ্—লাই। রাহম-খিএ—হায়খিএ।

হে পললেম হনম্মু মাৱৈ কাৱবীও। ননোংঙ্ঘায় নাউৱা অপিসা অসিবু নাউৱা মীয়োল থোকঁনা অঙাং থোঙকাপ ৱালহৈৱকলবদা, লিকলাই অঙৌপামবা মপাবিবু ওইকঙেনে। পুন্নুং অচাউ লেপফালা, সাংবা লমঙমলবলবদা ৱাজা নিংথৌ মমোমলোনবু নৌইঙেনে। হযেং বিবাহ লুহোং ১ তম্দা তাউজীং হৈক্কক সেমনা ইন্নুং সোয়য়াঘমদা চীংঙু নোংথৌ সবায়েলদা বম লল নিজৌও হায়না পাউতাকপিৱমলবগা, ৱোহ্নম থি লৌ নীংনা তেনা হলম্বায়শিবে। অৱাং কোলৌ নোংদোলথকতা কাখিবে। মমোম লাহ্নকবা ২ মলা সেবা থোগম তৈনা লেখিস্নুনো। ৱাকমনা লৈজ জস্নুম হললমখিগে।

---

পলয়োম—ইমা। হনম্মু মাৱৈ কাৱবীও—অহল ওইৱবীও, হন্নুবৱীও। ননোংয়ায—নস্নুনিপা। মাউবা অপিসা—অঙাং অপীকপা। নাউৱা মীয়োল থোকনা—অঙাং ময়োল থোকনা। থোঙকাপ ৱালহৈবকলবদা—চৎপা ঙমলকলবদা। লিকলাই অঙৌপামবা মপাগি—অঙোম লিংথৌগী মচানিপা। মমোমলোন—মচ নুপী। বিবাহ—লুহোংবা। তাউজীং—হৈ। ইন্নুং সোয়য়ায়মদ,—অহিং নোংযাইদা। চীংঙু—লাই। পাউতাকপিৱমলবগা—তাকপিৱমলগা। থিংলৌ নীংনা তেনা হলম্বাইথিবে—অমুক হনখৱে। নমোম—মচানুপী। ৱাকমনা—লাইৱিক হৃবনা।

অসাইগৈগী চীংঙ্ য়াংলৌ লমদনফমগী, হনম্ন ময়াই কারবীনা বিধি নোংদমখোল খঙদবগী, নীংখনখিএ। লায়রা অতোল তাবা মচানা নিংথৌ সাগৈ নংতনা নিংথৌ মপারিবু করম ওইরুগবনো। সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙানে হায়না সোলমোইরৌএ।

হে সভা লেংনা তিনবসিংও! চীংঙ্ ব্রারী লমদাংসাং মুংঙাইবা অসিবু, ইয়ু *কৌবা অঙাংঙা মনোংয়ায়,

চীংঙ্—লাই। য়াংলৌ লমদনফমগী—লম্বীদা য়ারেকফম ওইবগী। হনম্ন ময়াই কারবীনা—অহল ওইরবীনা। নীংখনখিএ—খনখিএ। লায়রা অতোল তাবা মচানা—লায়রবা অতোনবা মচানা। মপারিবু—মচানিপাবু। সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙানে—অরেম্বা কান্নদবনে। সোলমোইরৌএ—মচীন্দা মুরুম মুরুম সোলহৌএ। সভা—মীয়াম। চীংঙ্—লাই। ব্রারী লমদাংসাং—ব্রারী পরীং সাংবা। ইয়ু—ইবুধৌ। মনোংয়ায়—মমুনিপা।

* কৌবা অঙাংঙা—কৌরু চীংদা পানখিবা মোইরাং অনৌবা য়েক্বী নিংথৌনি। মহাক্না মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্বী মচামুপী ঙাংঙোই য়োইমোংবগীনা মচল লৈমা লাইরোকলেম্বী লৌদুনা মচানিপা মঙা পোকই। মচাসিং অসিদগী থোকচোম, সোয়বম, তাইমচম, ব্রাংথৈবম অমদি সিথাম হায়রিবা য়ুম্নাকসিং অসি ওইখি। কৌবা অঙাংঙাগী মচামুপী কৌবরোল নামোইমুবু লুরাং খুম্থিবনা লৌদুনা হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা পোকই। অদুগৈ ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মচল মেমু লৈতববু লৈ হায়দুনা

কেগে মোইরামবচানা পায়মা সিললৈরোমবগী ইওঙ নাতৈ চুমদা, তেংথা ময়েক চাদা, হেপলী পনথাং হৈতা, ঈসৈ ইওঙ চুমদনিগীনা, ৱারী লমদাং থিঙমদে, উনবী পূকনীং থুংঙমলোইএ।

অসাইগৈঙেগী খোইয়ম য়াংলৌ লমদনফমগী নাউৱা অপিসা অত্থুবু পললেম মমা পোকমাবীনা খোমলাং তাজিন ঈনৌহম,

---

কেগে—মোইরাংগী অতোপ্পা মমিং অমা। পায়মা সিললৈরোমবা—লৌসিং মপুঙ ফাদ্রিবা। তেংথা ময়েক চাদা—মতিক মগুন সৈথাবদা মপুঙ ফাদবা। হেপলী পনথাং হৈতা—সৈহেক সৈদা, অনেম অৱাং হৈতবা। উনবী—পূকনীং। য়াংলৌ লমদনফম—য়ায়রেকফম, পনফম। নাউৱা অপিসা—অপীকপা অঙাং। পললেম মমা পোকমাবী—অপোকপী মমা। খোমলাং তাজিন ঈনৌহম—খোম পিথকপা, খোম ইন্দুনা।

---

সরারেলদা থাজবৈদা সৱারেলনা সাউদুনা লেপপা লৈতনা হুমিৎ কয়ানি অকনবা নোং চুহনবদগী ঈরীতুনা তম্পাকলম পুন্নমক ঈসিংনা লেপ ফংদবমখৈ থুমদুনা মী লৈবা য়াদ্রবদা ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মসেলনিপা কৌবা অঙাংঙাদা হায়জবদগী নোং থামখি। মসিদগী মহাকপু নোংখাম নিংথৌ হায়নম্মু থঙনৈ।

চরৈ নাহোং সা, মাললৌ থ.পকিনা, কৈরা তানদা পম, সমু নমদা পোনা নাউয়োকপবু, লোইদাম থাবুম ও স্নুরবগী, পললেম মমানা লেমলৈ ঙাতোং সেৎ, থুমলাং ময়োন সৎ, তাইবং তরা চাক ময়োনবু, তরা চউম তমলে হায়দবর। ।

লোইদাম থাসীঙ য়ামনা, লাংহৈ কুমওন তোয়না নাউয়োকচবদা, নাউরা মীয়োল থোকন, অঙ ং খোঙকাপ রালহৈরকলবদ. পললেম মমা পোকমাবীনা মপারিবু চরৈ নাহোং সা, মাললৌ থ.পকিননা, সমু নমদা পোনা, নিংথৌ সনা কৈথেললেলবু য়াকাখিরে। মপারিগীদমকপু হৈরাঙ অথুম খল, তাউঙৗং অমুল থিনা, মপারিবু সমু নমদা পোনা, মরাল ওনদেরকপদা কানেল স্নুংসা তরং হৌবগী স্নুংসা খামবী মৈবু থাঙঙদনা, পামেল উখোঙথা স্নুংঙাইবদা অরা লমদনখিএ।

---

চরৈ—ফি। মাললৌ—ফি। লোইদাম—থা। লেমলৈ—ঙা। থুমলাং—থুম। তরা—চাক। তরা চউম তমলে—চউমলে। লোইদাম—থা। লাংহৈ—চহি। নাউয়োকচবদা—অঙাং য়োকচবদা। নাউরা—অঙাং। খোংকাপ রালহৈরকপদা—চৎপা হৈরকপদা। পললেম মমা পোকমাবী—মমা অপোকপী। মপারিবু—মচানিপাবু। চরৈ—ফি। মাললৌ—ফি। সমু নমদা পোনা—নঙ্গনদা পোত্নুনা। সনা কৈথেললেলবু য়াকাখিরে—কৈথেলবু কাখরে। তাউঙৗং—হৈ। মপারিবু—মচানিপাবু। সমু নমদা পোনা—নঙ্গনদা পোত্নুনা। মরাল ওনদেরকপদা—ময়মদা হল্লকপদা। স্নুংসা তরং হৌবগী—স্নুংসাগী মৈসা কনবগী। খামবী—মৈ। পামেল—উ। অরা লমদনখিএ—অরাবা পোথাখিএ।

মপাম্বিবু ফৈম্বা ভানদা থোং, থোমলাং ভাজিন ঈমৌহমনা ফম্নফম্নলিঙৈদা, নিংথৌ মরৈপাকশী লিকলাই অঙৌপামবসুঙ মমাঙ থোঙ্গুপা মীয়াম চৎ, মতুং লাংবল থোইবুঙ মীগা য়ামনা ঙ্কল, ভেংনা চোঙলেল খাননা, পনম চংথোকলকপদা, নাউরা চেংলৌ মীংথীংলে। মীংয়েং সানথৈরবদা চীংঙু ঋিষি নোংদমথোলবু, থোয়মা লম চায়ফদবগী, নাউরা চেংলৌ মসক য়েংনা, অপাম পূকনীং চঙলবগী, লিকলাই মরৌ লৌনা হৈনা পাউমেললকএ।

হে মোমন্থু য়াংলৌ লমদনবীও! হুজা নঙবু লহানলোং, মোমন্থু নথোকলকঙৈদা, পনথৌ চাকলেম চারিঙৈ, পললেম ফিরেম

---

মপাম্বিবু ফৈম্বা ভানদা থোং—মচানিপাবু মতম্বাকতা পমহুনা। থোমলাং ভাজিন ঈমৌহমনা—থোম ইম্নুনা। মমাঙ থোঙ্গুপা মীয়াম চৎ মতুং লাংবল থোইবুঙ মীগা য়ামনা ঙ্কল—মমাঙ অমম্নুং মতুংদা মমাই মসলমা থোগল ভৌহুনা। ভেংনা চোঙলেল খাননা—ভেংমানা সাবা চোঙ খান্দুনা। পনম চংথোকলকপদা—কোম্ন-থোরকপদা। নাউরা চেংলৌ মীংথীংলে—অঙাংগী মায়থোঙবু উরে। মীংয়েং সানথৈরবদা—মনিংনা উরবদা। থোয়মা লম চায়ফদবগী—লম্বী পৈফদবগী, সোয়ফাদবগী। চেংলৌ—সক। অপাম পূকনীং চঙলবগী—অপামবা পোকলহুনা। মরৌ লৌনা—মরৌ ভৌনা। পাউমেললকএ—হায়রকএ। মোমন্থু—হুপী গুহুবী। লহানলোং—নোংমা, অহুঙৈ। নথোকলকঙৈদা—নঙমা মথোক কারকঙৈদা। পনথৌ—নপা। পললেম—নমা।

সেংলিঙৈ, নপল মরুমপালবু পাললিঙৈ, সিংঙেল লৈচু থাউদরিঙৈ. লৈরাং লৈরাক চামদরিঙৈদা, সিংঙেল ঈবীংঙা সেংথনা, লৈরাং ঈবীংঙা থায়থননা, নপল তাদা লৈরায়না, নতু খঙদ লৈচিলনা, পাখং সমচু লৈরায়না, নুরা সমচু লৈচিলনঙৈগীবু উনবী পূকনীং থোকাউরবরা ?

পারি নাউরা অপিসা অসিবু. হৈরাঙ ঐনা ইচা য়াল, তাউজীং ঐনা মরূ হুনখিববু নংতবরা হায়না পাউমেনববু নাউরা পললেম পোকমাবীদি, উনবী পূকনীংস্নুম. বুধি নাতৈ লাকঙমদা, ন্নুজা পূকনীং ঙকনা পাউখুমদরিঙৈদা লিকলাই অঙোপামবনা ইপারিদনে

---

নপল—নপা, নমা। মরুমপালবু—মরুম থূপনা। সিংঙেল লৈচু থাউদরিঙৈ—লৈগী লৈচু কমদ্রিঙৈ। লৈরাং লৈরাক চামদরিঙৈদা—লৈরাং লৈমল চন্দ্রিঙৈদা। ইবীংঙা—ইবানি, ঐখোয় অনি। নতু—নবুং, নৌপা। ন্নুরা—লৈসাবী। উনবী পূকনীং—পূক্নীং। থোকাউরবরা—কাউরবরা। পারি—ইচানিপা। নাউরা অপিসা—অঙাং অপীকপা। হৈরাঙ ঐনা ইচা য়াল তাউজীং ঐনা মরূ হুনখিববু নংতবরা—ঐনা মরূ হুন্দুনা পোকখিবা ইচা নত্তবরা। পাউমেনববু—হায়ববু। নাউরা—অঙাং। পললেম পোকমাবীদি—অপোকপী মমাদি। উনবী পূক্নীংস্নুম বুধি নাতৈ লাকঙমদা—করি তৌগদগে হায়বা রাখলনা লাম্বা ফংদনা. রাখল চমন্নুনা। ইপারিদনে—ইচাদনে।

হায়না হৈরাউ মখৈ লৈত্তনা, মুজা খূৎওম থীনা নাউরা খুজেঙ পাল-লোয় লাকনা. লাংগোই সায়াঙথক্তা হাপনা পুখিরে হায়দবরা।

"মোমনু নঙদি হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবগা নথংলেনবু ঙাইরোয়নন; লিকলাই অঙৌপামবা অয়ূম নাকপু ইনদাললকও" হায়না রাহমলবদা, নাউরা পললেম পোকমাবীদি মপারি খাইনরাগী মুংসি মখৈ লৈত্তনা সমু খোঙ থীননা মীকপখিএ। মুজা খূদাং পিফম তৈনা মীকপখিএ। নাউরা পললেম পোকমাবীদি পারি খাইনা মুংসি মৈবু মুৎঙমদনা মরাল মোংবয়াইবু ইনদানজরকলে।

---

নাউরা খূজেঙ পাললোয় লাকনা—অঙাংগী মখুৎ খুজেঙ পায়হুনা। লাংগোই সায়াঙথকতা—সগোলগী মথক্তা। পুখিরে—পুখরে। মোমনু—নুপী। নোংগা সোয়রবগা—নোং ঙাল্লগা। নথংলেনবু ঙাইরোয়ননা—নপুরোইবগা লোয়নহুনা। অয়ূম নাকপু ইনদাল-লকও—এগী ইয়ুমদা লাকও। রাহমলবদা—হায়রবদা। নাউরা পললেম পোকমাবীদি—অঙাংবু পোকপী মমাদি। সমু খোঙ থীননা—মখোঙ থীন্দুনা। মীকপখিএ—কপখিএ। খূদাং পিফম তৈনা—মখুদাংদা মপি তৈনা। পারি খাইনা মুংসি মৈবু মুৎঙমদনা—মচা কায়নবগী মুংসি মৈচাক মুৎপা ঙমদনা। মরাল মোংবয়াইবু ইনদানজরকলে—ময়ুমদা য়োনবা লাকচরে।

মথংলৈন মনেম মচাদা, মমাল হনন্নু ময়াই কাবীদা লিকলাই কোললোয় মপাউমেম, মপারি থাইনরাবু রারম পবেং সীংনা পাউদমলবদা, মমাল হনন্নু ময়াই কাবীনা পাউমেললকএ। "হে ইমোম ইহুয়রোন চাউদবীও! নহাননেং ইনোংমাই নাউরা অপিসানা তৌবাং ফকচা লোকত্তবিদ্রে, খামবী মৈনীঙ হিংলিদ্রেদা নমু মীওনথোক, লমবোই লাইবু নীংবা ১ মা, মোংবা ইবালয়াইদা যাংলৌ লমদনঙামএ। লমবোই চীনলেন ময়াথংবু লৈএ। প্রেম থকমা তানা মীকপলগনে।" হায়না থৌখামথিএ হায়দবরা।

হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবদা, নাউরা অপিসাগী পললেম পনথৌ ২ মদি লিকলাই অঙোপামবগী মরালয়াইবু ইনদাললবলে। লিকলাই অঙোপামদনা থৌজাল মাথযোকনঙামএ। "লাউ লাউ

মথংলেন মনেম মচাদা—মপুরোইবদা। মমাল হনন্নু ময়াই কাবীদা—অহল ওইরবী মনেমবোকতা। কোললোয় মপাউমেন—মরাহৈ, রারম। মপারি থাইনরাবু—মচানিপা কায়নংগী রাবু। মমাল—মনেম। পাউমেললকএ—হায়রকএ। ইমোম ইহুয়রোন—ইচান্নুপী-সকপী ইমৌ ইবেম্মা। লনাননোং—অহুদ্রে। ইনোংমাই—ইস্নুনিপা। খামবী মৈনীঙ হিপলিদ্রেদা—মৈনীঙ কুমলিদ্রেদা। মোংবা ইরাল-য়াইদ—ইযুমদা। য়াংলৌ লমদনঙামএ—লেকলমমে, পল্লমএ। হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবদা—হয়েং নোং তাল্লবদা। মরালয়াইবু—ময়ুমবু। ইনদাললকলে—য়োননবা লাকলে।

হে সানৌ লৈরাং মতম মানবও। নপারি নাউরা অসিবু লহানলোং হৈরাও ঐনা মচায়াল, তাউজীং ঐনা মন্ধ হুল থুনবনে। লিকলাই ইপাবিবু ওইরে। তাললোয় নকমবীসুও লিকলাই ইসানৌবু ওইরে। সানৌ নওসুও পাহাও নোংচেং ওইফরোইএ। লিকলাই কোললোয় সওগাযনুংগী ত ললোয় তু:কোক ও স্তনা লনথাইবীগে" হাযন। তয়ম নাইসীং য়াম, কাওবেল সলকু হোং, চৈরে ফিঙৌ থল, থন ললমাম পীন। ললকুণ্ডামলদগী মায় মৈচীন ওনফদনা মরাল লোললেময়াইবু ইনদানজরকলে হায়দদরা।

নাউরা অপিসাগী পনপৌ মপা পোকমাবদি মপল হনন্থু ময়াই কাবধীগা, লিকলাই অচৌপা-বা মবলকুগী তাললোয় তূচা লোল,

---

সানৌ ইনাওনপা। নপারি—নচানপা। লহানলোং—অহুডৈ। হৈরাও ঐনা মচাযাল ত উজীং ঐনা মন্ধ হুল থুনবনে—ঐনা মন্ধ গুন্দুনা পোবপা ইচানে। তাললোয় মকমবীসুও—নওগী মুপীসু। ইসানৌ—ইচু, ইম ও ইবেম্মা। পাহাও নোংচেং ওইফরোইএ—নওসু নপা হাওকয়োইএ, মুপী যাওদনা নৈফরোই। তাললোয় মচু, মকম্বী। তয়ম নাইসীং যাম—মনাই মসল যামা। কাওবেল সলকু হোং—লয়াম হোকইহুনা। চৈরে—ফি। থন—লল। ললকুণ্ডামলদগী—চানবিহুনা পিশিরবগী। মায় মৈচীন ওনফদনা—ওম্মোই হায়ফদনা। মরাল লোললেময়াইবু—মযুমবু। ইনদানজরকলে—য়ৌনদা লাকচবে। নাউরা অপিসাগী—অঙাং অপীকপগী। পনপৌ মপা পোকমাবদি—মপা অপোকপদি। মপল—মমা। হনন্থু ময়াই কাবধীগা—অহল ওইরবী, হন্থুরবীগা। মরলকুগী—মাগী থৌজালদগী। তাললোয় তুচা লোল—মুপী লোম্নুনা।

তয়ম নাইসীং লোই, কাওরেল সলয়াম লোই, চরৈ য়াকুতৈ, ধন ললয়াম লোইনা, মুংঙাই মরাং কায়না পানফরে হায়দবরা। চীংঙ্ থংবা নোংনিংথৌনা, হনমু মরালয়াইদা, য়াংলৌ লমদলবা, সেবা থৌগলমলগী, চীংঙ্ সিদবা মরলকুগী, তোললোই মহৈ চানা য়াংগোইরস্সুনো। রাকমনা লৈজ অম্সুম হললমলগে।

অসাইবৈগী লিকলাই অঙৌপামবস্সুঙ মপারিগী রাঘি লমদাং ইননা তেংথারককে। নাউরা অপিসাগী পললেম মমা পোকমাবীস্সুঙ, মপল লিকলাই অঙৌপামবস্সুঙ, মপারিবু হৈরাঙ অসং য়েং, তাউজীং অমুল থল, লেমলৈ ঙাতোং সেং, থুমলাং ময়োন সং,

---

তয়ম নাইসীং লোই—মনাই মসল লোইদুনা। কাওরেল—সল। চরৈ য়াকুতৈ—ফিরোল মরাঙ কায়না। ধন—লল। পানফরে—পাল্লে। চীংঙ্ থংবা নোংনিংথৌনা—সরারেলনা। হনমু মরালয়াইদা—অহল ওইরবী হনুবীদুগী ময়ুমদা। য়াংলৌ লমদলবা—লম্বীদা পল্লম্বা, য়ারেকলম্বগী বা। সেবা থৌগলমলগী—সেবা তৌজখিবগী মমল ওইনা। মরলকুগী—মাগী থৌজালদগী। য়াংগোইরস্সুনো—লৈরসনো। রাকমনা—লাইরিক ইবা ঐনা। মপারিগী—মচানিপাগী। তেংথারককে—মতিক মঙন থাদুনা ইরক্কে। নাউরা—অঙাং। অপিসাগী—অপীকপগী। পললেম মমা পোকমাবীস্সুঙ—অপোকপী মমাস্সু। মপল—মপা। মপারিবু—মচানিপাবু। তাউজীং—হৈ। লেমলৈ—ঙা।

ফৈরা তানদা থোং, সমু নমদা পোনা, নাউয়োক পূকমালননা মুংঙাই মরাং কায়না নাউয়োকপবু, চহি কুমসীং ১৫ সুরবগী অচাউ লেপ-ফারা সাংবা লমঙমলা, পাখং উরাংমৈ লেপতম চোংদমলকলবদা, চেংলৌ সককোয় থোঙবু থোইনা হেনথোইএ। পুন্নুং লেপপালথোঙবু থোইনা নীংথিএ হায়দবরা।

কোরৌ মুমিৎমদা মপল লিকলাই অঙৌপামবনা মপারিবু ঙাইরোয়ননা চরৈ ফিনৌ থল সিংঙেল লৈথেৎ তৈ, সনা লৈ ওইনা, লূপা ফি ওইননা নিংথৌ সনা য়োইকোলমুংদা চঙথিববু, রাজা নিংথৌরেলনা পাউমেললকএ। "হে লিকলাই অঙৌপামবও!

---

ফৈরা তানদা থোং—তম্পাকথক্তা পমতুনা। সমু নমদা পোনা—নঙ্গনদা পোতুনা। নাউয়োক—অঙাং য়োকপা। পূকমালননা—পূকচেল খোইজেল তিন্ননা, রাখল তিন্ননা। অচাউ লেপফারা সাংবা লমঙমলা—চাউরক সাংলকলতুনা। পাখং উরাংমৈ—চুং ফিরাল চাবা, পাখং মথোক কারকলবদা। চেংলৌ সককোয় থোঙবু—মসক মতৌবু। পুন্নুং লেপপালথোঙবু—সারেপ সাবালবু। কোরৌ মুমিৎমদা—নোংমা। মপল—মপা। ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। চরৈ—ফি। সিংঙেল লৈথেৎ তৈ—লৈ চিন্দুনা। পাউমেললকএ—হায়রকএ।

নপাৰি লাংলেল কোংয়াঙ ৱাপীহল অসিবু চেংলৌ সকনা হেললে, লিলনা ঙাললে। নিংথৌ ঐনা পাৱমা খোয়জং থোইএ তিললাং খোয়দা থোইএ। ইমোম সনা খোমমদোলবু কাওজনগে। নিংথৌ ইদাইবেম কোনোক খেল হৈবা নত্তবু ঙাউও। নাউৱা ২ মগী কোললোয় মমিং য়েং, মুমিৎ চয়োল থি, অংক মপুঙ লাকন। বিবাহ লুহোং থৌবু, খেললেল মতম থলও" হ য়না পাওমেললবদা মদাইবেম কোনোক খেল হৈবনা নাউৱা ২ মগী কোললোয় মমিং য়েং, মুমিৎ চয়োল থি, অংক মপুঙ লাক, মীৱাসি পূঙজা থনৱা ৱাকৎথিএ।

"হে নরপোং নিংথৌও! নাউৱা ২ মা অসিবু পুনসী চেংজেল কুইবা, তোললোই মহৈ চাববু থোকএ। বিবাহ লুহোং ৱাম্নুঙ হয়েং লোইদাম থামা, মাকমৈ ২ নি পানবদ, বিবাহ লুহোং থৌবু

---

নপাৰি—নচানিপা। লাংলেন কোংয়াঙ ৱাপীহল—নচা কোকহল লাইহল। চেংলৌ সকনা হেললে লিলনা ঙাললে—মসক মতৌ ফজেএ। পায়মা খোয়জং থোইএ তিললাং খোয়দা থোইএ—মুকীংনা খোইদাবা পোকএ। ইমোম—ইচানুপী। কাওজনগে—থাজগে, লুহোংবীগে। ইদাইবেম—ইনাই। বিবাহ-লুহোংবা। পাওমেল্লবদা—হায়রবদা। নাউৱা ২ মগী—অঙাং অনিমকী। কোললোয়—মমিং। পুনসী চেঙজেল কুইবা তোললোই মহৈ চাবা—পুন্সী মুংসাংনা মুংঙাই ৱাইফনা পানবা। বিবাহ—লুহোংবা। লোইদাম—থা। মাকমৈ—থাবান। লুহোং থৌবু—লুহোংবগী মথৌ মঙম।

লোইহৈগনে” হায়না হ্রাকংলবদা, মমপোং নিংথৌনা হ্রাহমজককএ। “হে লিকলাই অঙৌপামবগএ! নঙস্তুঙ মপারি লাংলেন কোংযাঙ হ্রাপীহলগী জৈগ্যা (যজ্ঞ) মঙম থৌবু থৌরাঙলুও। নিংথৌ ঐস্তুঙ ইমোম সনা খোমমদোলগী মরাল লুহোং থোঙদোংনবু সংলৌ থৌরাংলগে” হায়না হ্রাহমলবদা, লিকলাই অঙৌপামবস্তুঙ মপারিগী জৈগ্যা (যজ্ঞ) মঙম থৌবু য়েললাং ঙমতম লোইহরবদা, হুমিং মসীং শুজিললকলবদা পললেম মমা পোকমাবীনা উনবী নৈনীংসিংলুরে।

লহানলোং লায়রা অতোল তাবা মরালযাই, ছুংসিবা মকাহৈ-ফমদা যাংগোইনোংদা নমু মীঙনথোক লমবোই লাহবু নীংবনা কৌবা য়ায়রেকলমঙৈদা চীনগোয় মগ্নাথংনা পাউমেললমববু লৈএ।

---

হ্রাকংলবদা—হক্তংলবদা। হ্রাহমলকএ—হায়রকএ। নঙস্তুঙ—নঙস্ত। নপারি লাংলেন কোংযাঙ হ্রাপীহলগী—মচানিপা কোকহল লাইহনবী। ইমোম—ইচানুপী। মরাল—ময়ূর। সংলৌ—থৌরাং। হ্রাহমলবদা—হায়রবদা। মপারিগী—মচানিপাগী। য়েললাং ঙমতম লোইরবদা—থৌরাং তৌবা লোইরবদা। পললেম মমা পোকমাবীনা—অপোকপী মমানা। উনবী নৈনীংসিংলুরে—মপুঙ্গীংদা নীংসিংলুরে। লহানলোং—অচুঙৈ। লায়রা অতোল তাবা মরালযাই—লায়রা অনং ওইরবা ময়ূমদা। মকাহৈফমদা—মফমদা। যাংগোইনোংদা—নৈনিহৈ মতমদা। কৌবা য়ায়রেকলমঙৈদা—অহিং লেকলমবা মতমদা। পাউমেললমববু—হায়রমববু।

নপারি নাউব্রা অসিবু লিকলাই মপারিবু ওইহৈংনে। অচাউ লেপফারবগা রাজা নিংথৌ মমোমলোনবু লৌহৈংনে। বিবাহ লুহোংলমদাইদা তাউজীং হৈরুক সেমনা চীংঙু নোংথৌ সরারেলদা বর লল নিজও হায়রমববু লৈএ।

নমু মীমালনদে, খোইয়ম মসালওনবু ওইরবরা খঙদে হায়না তাউজীং হৈরুক সেমনা মপারিগী তাঙজা লুদা থোংনা, ইন্নুং সোয়-য়ায়মদা "হে চীংঙু নোংথৌ সরারেল, অরাং পাথং য়োয়রেনবা থাকপা নোংনিংথৌ, নাকোং নাচুমবা, মীৎয়েং পানজুমবও তাবিও।

---

নপারি নাউব্রা—নচানিপা অঙাং ওইরিবা। মপারিবু—মচানিপাবু। অচাউ লেপফারবগা—চাউবা মপুঙ মরৈ ফারকলবগা। রাজা—নিংথৌ। মমোমলোনবু—মচান্নুপীবু। লৌহৈংনে—লুহোংহনা লৌগদৌরিবনে। বিবাহ—লুহোংবা। তাউজীং—হৈ। চীংঙু—লাই। বর—থৌজাল। খোইয়ম মসালওন—লাইগী সাইওন। তাউজীং—হৈ। মপারিগী—মচানিপাগী। তাঙজা লুদা থোংনা—মকোকথক্তা হাপনা। ইন্নুং সোয়য়ায়মদা—অহিং নোংয়াইদা। চীংঙু—লাই। নোংথৌ সরারেল—অরাংবা লাইরৈবাক্কী লাইসিংগী নিংথৌ। অরাং পাথং য়োয়রেনবা—সরারেলগী অতোপ্পা মমিং। থাকপা নোংনিংথৌ—অথাক অরাউ তৌরিবা নোংমদোলগী নিংথৌ। নাকোং নাচুমবা—তাদবা লৈতবা, মনা সিংবা। মীৎয়েং পানজুমবা—উদবা লৈতবা। (অতোপ্পা অর্থদা মীচঙ মীথায় নাইদবা হায়নন্নু লৈ)।

হয়েং কোৱৌ মুমিৎতা ননাই ইপারি লাংলেন কোংয়াঙ ৱাপীহলগা, নিংথৌ মমোমলোনগা বিবাহ লুহোংঙৌনে। নাউৱা ২ মবু পুনসী চেঙজেল কুইবা, তোললোই মহৈ চাববু চীংঙ সনা নথোঙখাদা বর ললকুবীও” হায়না প্র মজয়ে।

অসাইঙৈগী লিকলাই অঙৌপামবস্তুঙ মুমিৎ মসীং শুরবগী, লুহোং পোৎলোই মসীংসু, মপারি ঙাইরোইননা, নিংথৌ সনা য়োইকোলমুংদা থুংলবগা, নরপোং নিংথৌগী সনা য়োইকোলমুংদা ব্রাহ্মন লেংনা তিল, নমু মীয়াম ফম, ঘোৎ (ঘট) লাইজা ঈমায় চোল, পোৎলোই মসীংসু, তাউজীং হৈরুক মথেল তৈ, ধুপ মৈখু চাউনা কা, জোপ (যব) লোইমোম ফৌ ময়োন, চেঙ থোয়দিঙ য়াও, তাউজীং চুপান য়ুং, দেহুতি মৈৱা চাউনা থাল, তিংথৌ লৈয়োন সৎ, কুজ পোৎলোয় মসীং য়াম, বেদ লাইরিক থী, হরি গিংলেল সোলনা, খামবী মৈরুপ তৈনা হৌনা জৈগ্য (যজ্ঞ) মঙম মথৌবু

---

মমোমলোন—মচান্থুপী। বর ললকুবীও—থৌজানবীও। প্র মজয়ে —থুরুমজয়ে। পোৎলোই—মপোৎ মচৈ। ঙাইরোইনন—লোয়নননা। সনা য়োইকোলমুং—সনা কোমুং। লেংনা তিল—ময়াম তিনবা। নমু—মী, তাইবং মী। লাইজা—ঈসিং। তাউজীং—হৈ। লোইমোম—ফৌ। ময়োন—মচঙ ওইবা, মরু চঙবা ফৌ। তাউজীং চুপান—চু পাম্বী। খামবী মৈরুপ তৈনা হৌনা—মৈ হৌদ্রনা।

লোইরবদা নরপোং নিংথৌনা মমোম সনা খোমমদোলবু কাওরেল সলফাং হোই, তয়ম নাইসীং য়াম, চরৈ ফিসীং পাওমদা, সনা পুংবুলেম, লুপা থেলমায় লাং, থম লয়াম উলনা লিকলাই অচৌপামবা মরালয়াইদা মরাল লুহোং খোঙদোংবিরকলে হায়দবরা। লিকলাই অচৌপামবা মপারিগা লৈমা সনা খোমমদোলগা মুংঙাই মরাঙ কায়না ক্যাং মোনতুমথকতা পালমনরে হায়দবরা।

চীংঙ বিধি মথৌদাবু খোয়মা লম চায়ফদবগী লিকলাই মপারিবু কোরৌ শুমিৎ ৫ নি স্নুরবগা খোইয়ম লৈরক সাথৌব, চীংঙ খোংবাল লাংয়ালববু লমওকনরবগী অনা লাইপোৎ ফানা, খোইয়ম লাই থোইজীললকলবগী মপাল লিকলাই অচৌপামবুঙ,

---

মমোম—মচানুপী। কাওরেল সলফাং হোই—সল ময়াম হোইতুনা। তয়ম নাইসীং য়াম—মনাই মসন য়াম্না উন্দুনা। চরৈ ফিসীং পাওমদা—ফিগী মসীং থিবা ঙমদনা। সনা পুংবুলেম লুপা থেলমায় লাং—সনা লুপা ময়াম থেন্দুনা, পৈতুনা। মরালয়াইদা—ময়ুমদা। মরাল—ময়ুম। মপারিগা—মচানিপাগা। চীংঙ বিধি মথৌদাবু—বিধি কৌবা লাইগী থৌদাবু। খোয়মা লম চায়ফদবগী—থৈদোকপা য়াদবগী। মপারিবু—মচানিপাবু। খোইয়ম লৈরক সাথৌবা চীংঙ খোংবাল লাংয়ালবা—লাই ফত্তবা। লমওকনরবগী—ওকুরতুনা। অনা লাইপোৎ ফানা—কয়া মাতুনা। খোইয়ম লাই থোইজীললকলবগী—অনাবা হেঞ্জিললকলবগী। মপল—মপা।

পললেম মমা পোকমাবীশুঙ, লৈমা মসানৌশুঙ থবায় মিরেল পাই, মিরেল নোংদা কামা নমু মীয়াম তিল, নিংথৌ মাইবা অহৈববু লেংনা তিল, লৈপাক মাইবা অসিংববু লেংগা ফাংনা, হীদাক ময়াল সেম, মনত্র লাইসোন কল, খোইয়ম লাইমিং সোলনা অনা লায়কলথবব কলঙমদরে।

কোরৌ ছুমিং ৭ নি শুবদা, থমনুঙ লাংঙনখিরে, সম্বা পনকেনখিরে হায়দবরা। লৈমা মসানৌনা মসাবীবু ঙকথী লুমলাং কোল, থজাই লেংলোই চুপ পোমবী তুকুমববু চীনওকনা, চেকলা তুকুমববু চীনদিনমা, চীনম্বা থমবাল মায়য়োক চুপনা মীকপথিএ।

- - - - — - - - - - - - - - .

পললেম মমা পোকমাবীশুঙ—অপোকপী মমাস্তু। লৈমা মসানৌশুঙ—মাগী শুপীগ্রু। থবায় মিরেল পাই, মিরেল নোংদা কামা—মিপাক্ক থাবাইবা, মথবায় য়ানা পাথংনা। নমু মীয়াম তিল—মী ময়াম পুমনমক্না। থমনুঙ লাংঙনখিরে সম্বা পনকেনখিরে—নোক্সাথরে, সিথরে। মসানৌনা—মতু, মনাও ইবেম্মনা। মসাবীবু—মরা, মপুরোইববু। ঙকথী লুমলাং কোল - ঙকসমদা কোন্দুনা। থজাই লেংলোই চুপ—থজাই য়েংলোম মায়রোম চুপনা। পোনবী—য়ুমদা য়োকপ উচেক। তুকুমববু—অহুগুম্ববু। চীনওকনা—চীনগা চীনগা ঙকমনা, থেংননা। চেকলা—লমগী উচেক। চীনদিনমা—চীনগা চীনগা থেংননা। মীকপথিএ—কপথিএ।

হে সাবি ইখুংঙো মানজ ইনেম মচা মুংসিবও! চেংলৌ সকপানথোঙবু নীংথিবা। পুমুং লেপপানথোঙবু চুনবা! চেংলৌ সকপানথোঙদা উরীং মায়হীং থোংদবা, হয়িং পেংলোইথীবু পকতবা, খোইমায় লাইম্বিচাকপু চেনদবা। পামেল উহারাইবু থুংদবা। মানজ ইনেম মচা নীংথিবা নঙবু সিংঙেল করম সেংনসিবনো, লৈরাং করম থাহনসিবনো। লৈমা নসানৌ ঐবু ইপল সনা য়োইকোলমুংগী ইরাল লুহোং খোঙদোংলকপবু অসী কোয়ৌ মুমিং ৭ নিদবু নঙায়রিএ।

পাম্বি মুংচানবসুঙ সাংনদে, ইমোম মুংঙোনবীবু ফুইনদরিএ। উনবী পূকনীং করম থোকাউথিবনো। লৈমা নসানৌ ঐদি অসী

---

সাবি মানজ—ঐগী ইপুরোইবা। ইনেম মচা—ইনেমবোকী মচা। চেংলৌ—সক। সকপানথোঙবু—মায়থোঙবু। পুমুং লেপপান-থোঙবু—মসক মতৌবু, সাওং সদাবু। উরীং মায়হীং থোংদবা—উরীং থুংদবা, মায়হীং কাদবা। হয়িং পেংলোইথীবু পকতবা—হয়িং মথী থুংদবা। খোইমায় লাইম্বিচাকপু চেনদবা—লাইচাক থুংদবা। সিংঙেল—লৈ। নসানৌ—নরুম্বী, ননাও ইবেম্মা। ইপল—ইপা। সনা য়োইকোলমুংগী—সনা কোমুংদগী। সাংনদে—পোকতে। ফুইনদরিএ—পোকতরিএ। উনবী পুক্লীং—পুক্লীং। থোকাউথিবনো—কাউথিবনো।

কোরৌ হুমিৎমগী মখৈবু পাহাঙ নোংচেং ওই, পাখং সঙবায় লোনদমবা লৌকুমনা, হুরা ঙাইখোং সিনস্থ লূককুম হৃদোম পাহাঙ-লবনে। লৈরায় চোপত্তা খোইরী তৎকুমববু কর‌ম তৎনসিবনো।

* নিংথৌ মপুথিবনা ওইখিবা তুরেল ব্রায়থুবিচা থুললোঙবী ব্রায়থু মথা ফকপগুম করম ফকনা সিবনো। লৈমা নসানৌ ঐবু হুজা হৃথোকলকপদা হুজা চীংঙ লাইবক থীবীবু ওইরে হায়না মাললেম লৈদা ওননা মীকপথিএ হায়দবরা।

---

পাহাঙ নোংচেং ওই—ইপা হাংলবা ওইহুনা। পাখং সঙবায় লোন-দমবা—হুপী লৈতবা, নাম্মা হাঙবা মীনা য়ুম লিংবা। হুরা ঙাইখোং সিনস্থ লূককুম—হুজা ওইবিসিংগী ফি সাবগী লংনচিংবা হাপনবা থুম্মুক। পাহাঙলবনে—হৃপা হাঙলবনে। লৈরায় চোপতা খোইরী তৎকুমববু—খোই চোপত্রিঙৈনা খোহুরী তৎপগুম। ব্রায়থুবিচা —ব্রায়থু। থুললোঙবী—মখুৎ লোঙবী। ইথোকলকপদা—মথোক কারকপদা। মীকপথিএ—কপথিএ।

---

* নিংথৌ মপুথিবা—খুন্টগী মমাংদা থুরাই অহোঙ্গৈদা কোন্নুং ওইহুনা পানখিবা নিংথৌনি। তমফা ব্রাংঙমলোন পাম্থোইবিবু হায়না সিংনখিবা নিংথৌ সোপাহুবগী মচানি। নিংথৌ মপুথিবনা মচানুপী সৌবোন লৈমা অমদি সনা খোংনাং লৈমা মচান্নুপী অনিবু থাললৈ লৌ য়ালহন্দুনা লৌ উবা হৌথি। অম্নুমা থাংম্রি লৌউ তমহুনা ফৌবাল চরোং লৌনা হুংঙাই মরাং কায়না পাল্লমই। থাংম্রি অহুবু কোরৌ হুংসাগী মৈসাদা ফৌই হায়বগী কৌ হায়না মমিং থোনখি।

পললেম মমা পোকমাবীস্নুঙ মপারিবু সমু ওইনা কোল, খজাই লেংলোই চুপনা মীকপথিএ। হে পারি ইবুংঙো হে তোলনা নীংথিবও! সকম্বা সকপালথোঙবু হেনথোইবা, পুন্নুং লিলনা ঙানথোইবা নঙবু নপল ঐনা লোইদাম থাবুম ১০ নি, কোরৌ নুমিৎ সীংবুম ৩০০ নিবু নাউপুববু সিংঙেল অরেমবা, লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। পারিও নপল ঐনা লেমলৈ ঙাতোং সেৎ, থুমলাং ময়োন সৎ, খোমলাং তাজীন ঈনৌহম, ফৈরা তালদা পম, সমু নমদা পো, চরৈ নাহোং সানা নাউয়োকচবদি সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে।

---

পললেম মমা পোকমাবীস্নুঙ—অপোকপী মমাস্নু। মপারিবু—মচানিপাবু। সমু ওইনা কোল—মখুৎ ওইনা কোন্দুনা। খজাই লেংলোই চুপনা—খজাই য়েৎলোম ওইরোম চুপতুনা। সকপানথোঙবু—মায়থোঙবু। পুন্নুং লিলনা ঙানথোইবা—মরেপ মঙান ফজবা, নীংথিবা। নপল—নপা। লোইদাম—থা। নাউপুববু—মীরোনববু। সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—অরেম্বা কান্নদবা ওইরে। নপল—নমা। লেমলৈ—ঙা। থুমলাং—থুম। খোমলাং তাজিন ঈনৌহম—খোম ইন্দুনা। ফৈরা তানদা পম—তম্পাক্তা পমতুনা। সমু নমদা পো—নঙলদা পোতুনা। চরৈ নাহোং সানা—ফিনা নাহোং সাতুনা। নাউয়োকচবদি—য়োকচবদি। সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—অরেম্বা কান্নদবা ওইরে।

নপল গ্রেবু পারি ২ শুনা সাংনদে, ইমোম মুংঙোনবীসুঙ ফুইনদে। হে পারি ইবুংঙো চীংমুং খোমমোন অঙল লা, ঙননা অথক সাংনদে। পারি হুইয়াই লীকলু অথেঙ ঙা. থেঙনা নখা ভাদরে। লাংবল কৌখা নওঙনা, তেরাগুম উতোমপোককুমবা। সিংঙেল তোমসাংলৈগুমবও! নপল গ্রেনা থয়ায় লাইকল ফিনা কললোফদা, ইমু সিলয়োম লামা য়োমলোফদনা তাইবং নোংসা-পালদা নপল গ্রেবু কয়ম ছললাললবনো। কললকএ হায়না মালেম লৈদা ওন, থীকলেল থাকা য়ৈ, য়াথং হীকহায়না. কোয়ৌ খোইনা য়েংনা পাউমেনখিএ। হে চীংঙ নোংথৌ সরায়েলও! নদাইয়েম

---

নপল—নমা, অপোকপী। পারি—ইচানিপা। সাংনদে—পোকতে। ইমোম মুংঙোনবীসুঙ—মুংসিনা চানজবী ইচামুপীসু। ফুইনদে—পোকতে। তেরাগুম উতোমপোককুমবা—তেরা কৌবা উনা নাইতোম হৌবগুম্বা। সিংঙেল তোমসাংলৈগুমবও—তোঙান্না নাইতোম সাংপা লৈগুম্বও। নপল গ্রেনা—নমা গ্রেনা। থয়ায় লাইকল ফি—ফনেক। ইমু সিলয়োম লা—ফনেক। তাইবং নোং-সাপালদা—তাইবং পানবদা। ছললাললবনো—ছন্দোকলবনো। কললকএ—পাম্মুইএ। থীকলেল থাকা য়ৈ—থবাক্তা থুতুমনা সুছুনা। য়াথং হীকহায়না—হীক হীক কপনা য়া হায়বা। কোয়ৌ খোইনা য়েংনা—নোংমদোল অয়াংবদা য়েংছুনা। পাউমেনখিএ—হায়খিএ। নদাইয়েম—ননাই।

ঐনা ইপাৰিগীদমকপু তাউজীং হৈরুক সেমনা, খোইয়ম সনা নখোঙখাবু প্রুমজবনে। ননাই ইপারিগী থরায় মিরাংপানবু তাইবং নোংসাপানদা হলরাইবিরকও হায়না মীকপ হনকৎ ঙমদনা মীকপথিএ হায়দবরা।

মপল লিকলাই অঙোপামবস্তুও মপারিবু সারেল য়েৎনা কোল, ফৈরা তানদা পম, খজাই লেংলোই চুপনা মীকপথিএ। হে পারি লাংলেন রাপীহলও! নপলনা লিকলাই সনা ইফমলেনবু সিলঙৈনে হায়না পূকনীং হরাউজবদি সিংঙেল অরেমবা, লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে হায়না উনবী পূকথোঙ কায়, মুংসি মখৈ লৈভনা মীকপথিএ হায়দবরা।

---

তাউজীং—হৈ। খোইয়ম—লাই। সনা নখোঙখাবু—নখোঙ খুয়াখাদা। প্রুমজবনে—খুরুমজবনে। থরায় মিরাংপানবু—থরায় মিবু। তাইবং নোংসাপানদা—তাইবংপান্দা। হলরাইবিরকও—হলহনবিরকলো। মীকপথিএ—কপথিএ। সারেল য়েৎনা কোল—মথুং য়েৎনা কোন্দুনা। ফৈরা তানদা পম—তমপাকথক্তা পমন্থনা। খজাই লোংলোই চুপনা—খজাই য়েং ওই চুপতুনা। পারি লাংলেন রাপীহল—ইচানিপা অহল। ইফমলেনবু সিলঙৈনে—ঐগী ইফমবু সিনগদৌরিবনে। সিংঙেল অরেমবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—অরেম্বা কান্নদববু ওইরে। উনবী পূকথোঙ কায়—থম্মোয় কায়না।

লৈমা মসানৌনা অনৌবা অময়ক মীকপথিএ। হে সাবি ইবুংঙো মানজ ইনেম মচা মুংসিবও! নসানৌ এম্মুক্ত সাবি হৈনা তুংইললগে। সনা লাংচেং নমৈ য়ায়রগে। খমনুং লেপপী চীং, সরা ঙাইনথেলদা ঙাইখমলমও। খমনুং সিদমুবী লৌওনবী, অমল সামবা মীথেমবীনা, খোংবাল নাউরা পিরেলহৈবু তাউজীং খুংতা স্না পাউথেমঙামএ হায়এ। অঙাং নাউরা ওইবনা নোংমললবদি পললেম মমা সানা পাউথেমলমএ হায়এ। নুজা মথোকলকপীনা নোংমললবদি থংলেল য়ানুংসিবু ওইনা পাউথেমলমএ হায়এ।

---

মানজ ইনেম মচা—ইনেমবোক্কী মচা মুংসিবা। হৈনা তুংইললগে—নতুং ইল্লগে। সনা লাংচেং নমৈ য়ায়রগে—নতুং ইন্দুনা থরায় থারগে। খমনুং লেপপী চীং সরা ঙাইনথেল—খমনুং অসি লৈবাক্কা থরায়না ঙাইনফম। ঙাইখমলমও—ঙাইতুনা লৈরম্মো। খমনুং সিদনুবী লৌওনবী অমল সামবা মীথেমবী—অসিবা মীগী থরায়বু থেমতুনা পুবী অসি লৈবাক্কী লাইরেম্বী, খমনুং কিকোই লৌওনবী। খোংবাল নাউরা পিরেলহৈ—অসি হৈবোং। তাউজীং—হৈ। খুংতা স্না—খুংতা পায়তুনা। পাউথেমঙামএ—থেম্মে। নোংমললবদি—সিরবদি। পললেম মমা সানা—অপোকপী মমা সাতুনা। নুজা মথোকলকপীনা—মথোক কারকপী নুপীনা। নোংমললবদি—সিরবদি। থংলেল য়ানুংসি—মুংসিজবা মপুরোয়বা।

পাখং মথোকলকপনা নোংমললবদি তাললোয় তুনুংসিবু সানা পাউথেমলমএ হায়এ। খমনুং সিদমুবী মখুৎসু, খোংবাল নাউরা পিরেল হৈ, চানদবা হৈরাংচাল, তাউজীং মচেৎমবু চাবদা পনথৌ পাকাউহৈ, হৈরাঙ সুংদাইমবু তংবদা পললেম পীকাউহৈ, পারি নুংচানববু সেৎনহৈ, ইমোম নুংঙোনবীবু খাইনহৈ, থংলেল পামমুববু রাকাউহৈ, তাললোয় নুংসিবীবু তুকাউহৈবু সাখি হৈচারমগুনো।

খমনুং সিদনুবী অমল সামবা মীথেমবীনা, তাউজীং খূৎতা স, নসানৌ লৈমা ইসক সানা পাউথেমববু হোয়ম্নারমগুনো। হে

---

পাখং মথোকলকপনা—মথোক কারকলিবা পাখংনা। তাললোয় তুনুংসি—নুংসিজবী মতু, মরুম্বী। চানদবা হৈরাংচাল—তাইবং মীনা চানদবা হৈ। পনথৌ পাকাউহৈ—অপোকপা মপাবু কাউবা হৈ। পললেম পীকাউহৈ—অপোকপী মমাবু কাউবা হৈ। পারি নুংচানববু সেৎনহৈ—নুংসিনা চান্না ভৌজবা মচানিপাবু খাইনহনবা ঙম্বা হৈ। ইমোম নুংঙোনবীবু খাইনহৈ—মচানুপী নুংসিজবীবু খাইনহনবা ঙম্বা হৈ। রাকাউহৈ—মরাবু কাউবা হৈ। তাললোয় —মতু, মরুম্বী। তুকাউহৈ—মতুবু কাউবা হৈ। খমনুং সিদনুবী অমল সামবা মীথেমবী—অসিবা মীগী থরায়বু থেমতুনা পুবী অসি লৈবাক্কী লাইরেম্বী, খমনুং কিকোই লৌওনবী। পাউথেমববু—থেমববু। হোয়ম্নারমগুনো—য়ারমগনো।

সাবি হুবুংঙো মানজ ইনেম মচা নীংথিবও! খমন্নুং পাংথী য়ামএ হায়এ, সন্না কোলখঙ হকএ হায়এ। কাওখঙ মরীল য়াম, থোংলেল পানবৈ হকএ হায়এ। সমলাং সমপূমমনা থোং সাই হায়এ। সমলাংমনা থোংলেল পানবৈ সেমএ হায়এ। হে সাবি ইবুংঙো নসানৌ কোললোয় ইপাউমেলবু তাবিও। সমলাংমনা থোং সাবা, সমলাংমনা থোংলেল পানবৈ সেমবদু সাবি নঙবু লাললমগুনো।

অসিন্সুঙ মদোমদে। হে সাবি ইবুংঙো খমন্নুং য়াংলৌ লমমখাঙদা খমন্নুং মাকপা লৌওনবা, হিন্ন তেংমায় লৈপহৈবা, তোংচেং হিনাউ সাহৈববু লৈএ হায়এ। মাকপা মখুমেংপু লাললমগুনো। সন্না লমমখাঙ, খমন্নুং লেপপী চীং, সন্না ঙাইনথেলদা

---

ইনেম মচা—ইনেমগী মচা নুংসিবা। পাংথী য়াম্বা—পাংথী কোমথী য়াম্বা। সন্না কোলখঙ হকপা কাওখঙ মরীল য়াম্বা—পাংথী কোমথী তু থোং মসীং য়াম্বা। থোংলেল—থোং। পানবৈ—থোং লানবদা পায়হুনা লান্নবা মচৈ। সমলাং সমপূমমনা থোং সাবা—সমমা অমনা থোং সাবা। সমলাংমনা থোংলেল পানবৈ সেমবা—সমনা অমনা থোংগী পানবৈ ওইবা। কোললোয় ইপাউমেল—এগী য়াহৈ। অসিন্সুঙ মদোমদে—অসিনসু লোইহ্রি। খমন্নুং য়াংলৌ লমমখাঙদা—অসি লৈবাক্কী লম্বী লমখাঙদা। খমন্নুং মাকপা লৌওনবা—খমন্নুং থোঙজায়েলগী খোঙলোয়। হিন্ন তেংমায় লেপহৈবা—হি হোনবা হৈবা। তোংচেং--হি। মাকপা মখুনেং —মাকপা কৌবা খমন্নুং অসি লৈবাক্কী লাইগী থোঙনেংফম, হি।

ননাও ঐবু ঙাইখমলমও। লৈমা নসানৌ ঐসুঙ মোমন্থু সোরি ইখুৎস্থু, থাঙলেল য়াসাবনা মুজা থমমোয় অথীবদা উনবী থনুঙ থীৎনা থাঙলেল খুৎনা ফংনা নোংমললগে হায়না মাললেম লৈদা ওন, থংলেল খাইনা মুংসি মৈনা থমমোয় মৈচাক থোইনা, মীকপ হনকং ঙমদনা মীকপখিএ হায়দবরা।

লিকলাই অঙৌপামবদি মপারি খাইনা য়াকৎ কোললোয় সঙগায় মনিল নাই, লুখুম ফানজাউ থীন, লৈন্নুং য়োৎলী থীং, খুন্নুং পাউকাতাক। নমু মীয়াম তিলনা মাললেম লৈদা ওন, মীকপ খোলমালনবগী কবো চাংসোই ঈরাউখোল, থিংঙেল লাইজা

---

ঙাইখমলমও—ঙাইদুনা লৈরম্মো। মোমন্থু সোরি ইখুৎস্থু—মুপী ওইবীগী খুৎতা পায়বা সোরি কৌবা থাঙ। থাঙলেল য়াসাবা —ময়া পানবা থাঙ। উনবী থনুঙ থীৎনা—থমুঙ য়ৌনা। নোংমল-লগে—সিরগে। থংলেল—মুংসিবা মপুরোইবা। মীকপখিএ—কপখিএ। লিকলাই অঙৌপামবা—অঙোম নিংথৌ। লুখুম ফানজাউ থীন—খুয়া লুখুম সেননবা। লৈন্নুং য়োৎলী থীং—মী সিবগী য়োৎ থীংবা, য়ৈবা। খুন্নুং পাউকাতাক—মী সিরে হায়না পাউ তাকপা। কবো চাংসোই ঈরাউখোল—কবোগী চাং মথাদা চেনবা ঈসিংগী মখোল। থিংঙেল লাইজা—থিংঙেলগী ঈসিং।

ঈনমখায়গুমববু অৱাং কোয়ৌ নোংদোলথকতা চীংঙু নোংথৌ সরারেল, অৱাং পাখং য়োয়রেনবা, চীংঙু মীৎয়েং পানজুমবা, নাকোং নাচুমবনা নাতারবগী চীংঙু সিদবনা লিকলাই মপারি নোংমনববু থৱায় লাইহিংবিগে হায়বগী নমু তাইবং মীবু ওইনা যোগী লমবোইবা, সৈন্যাসী (সন্যাসী) খুলকোয়ববু সানা ঝুলি খাউজাউ থাং, য়ুবী খুজাই খুৎতাস্সু, য়োৎপী চৈস্সু পালোইননা মালেম তমপাক লৈতারকলে হায়দবরা।

চীংঙু সিদবদি য়াংলৌ লমদাং সীৎনা নরপোং নিংথৌগী সনা মরৈপাক, লিকলাই অঙৌপামবা ময়ুমনাকপু য়োৱবদা, লমবোই লাইবু নীংবনা পাউহংখিএ। হে নমু মীয়াম তিনবসিংও!

---

ঈনমখায়গুমববু—ঈসিং নমখায়বগুম। চীংঙু নোংথৌ সরারেল—অৱাংবা লাইরৈপাক্কী লাইয়ামগী নিংথৌ। অৱাং পাখং য়োয়রেনবা—সরারেলগী মমিং অমা। চীংঙু মীৎয়েং পানজুমবা—উদবা লৈতবা। নাকোং নাচুমবা—তাদবা লৈতবা, মনা সিংবা। নাতারবগী—তারহুনা। মপারি—মচানিপা। নোংমনববু—সিববু। থৱায় লাইহিংবিগে—থৱায়বু হিংগৎহনবিগে। যোগী—লাইনীংবা। সৈন্যাসী—লম্বোইবা। ঝুলি—লমবোইবগী নাকন্দা য়ানবা খাউ। খুৎতাস্সু—খুৎতা পায়হুনা। য়োৎপী চৈস্সু—য়োৎকী চৈস্সু, য়োৎচৈনা চৈস্সু ওইবা। পালোইননা—লোয়ননা। য়াংলৌ লমদাং সীৎনা—লম্বীদা লাক্নুনা। পাউহংখিএ—হংখিএ।

মীকপখোল মালননা মুংসি তেৱালনরিবা অসিবু কদৌরবনো হায়না পাউহংববু নমু মীয়াম তিনবসিংনা পাউখুমখিএ।

হোয়দা হে সৈন্যাসী (সন্যাসী) লমবোই লাইবু নীংবও! নিংথৌ ইরৈপাক অসিগী লিকলাই অঙোপামবা মপারি লাংলেন কোংয়াঙ ৱাপীহলবু নোংমললে। লৈমা ম্রসানৌমুঙ মপল মৱাল-য়াইগী মৱাল লুহোং খোঙদোংলুববু অসী কোয়ৌ মুমিং ৭ নিতবু নঙায়রিএ। থংলেল খাইনা মুংসি মৈনা মীকপ খোলমালনবনে হায়না পাউখুমলবদা লমবোই লাইবু নীংবনা ৱাহমখিএ। হে নমু মীয়াম তিনবসিংও! কোললোয় নঙখোয়গী নৱাথংবু তাবদি মুংসি পূকথোঙ কায়, লমবোই ইপাউমেলবু তাও-ও। লমবোই ঐনা লিকলাই মপারিগী কর্ণ নাকোং থোঙজাউরেলদা হরি মিংলেন সোননা, থৱায় মিৱাংপালবু পাউকৌরবদি য়াংলৌ লমমখাঙগী দসা

---

তেৱালনরিবা—তেংথা নাওইরিবা। পাউহংববু—হংববু। লিকলাই অঙোপামবা মপারি—অঙোম নিংথৌগী মচানিপা। লাংলেন কোংয়াঙ ৱাপীহল—মচানিপা অহল, কোকহল লাইহল। নোংমললে—সিরে। মপল—মপা। মৱালয়াইগী—মযুমদগী। নঙায়রিএ—ঙায়রিএ। ৱাহমখিএ—ৱা হায়খিএ। কোললোয়—য়াম্না। মুংসি পূকথোঙ কায়—থম্মোয় কায়বা। ইপাউমেলবু—ঐনা হায়বা ৱাবু। লিকলাই মপারিগী—নিংথৌগী মচানিপাগী। নাকোং থোঙজাউরেলদা—মনাকোংদা। থৱায় মিৱাংপালবু—থৱায় মিবু। পাউকৌরবদি—কৌরবদি। য়াংলৌ লমমখাঙগী—লম্বী লমখাঙগী।

অতেকপা, লাংঙ্গম অপাইবদা নোংমললবদি থৱায় লাইহিং ঙমএ। পলেম নাউরা পীখোয়রেলগী নোংমললবদি থৱায় লাইহিং ঙমলোঈয়ে।

তৌইঙ্ঘম চেংলৌ মীৎকুপমবু চীংঙু থৌজাল য়েংসিবরা হায়না পাউমেলখোলগী হরাও মখৈ লৈতনা লিকলাই অঙৌপামবদা লমবোই মপাউমেলবু পাউতাকলুরবদা লিকলাই অঙৌপামবদি লমবোই সনা মখোঙ পায়, মালেম লৈদা পকনা প্রুমজরবদা, চীংঙু সাললোন য়ামবা, খোইয়ম ঙনদে হকপনা লিকলাই মপারিগী কর্ণ নাকোং খোঙজাউরেলদা হরি মিংলেন সোননা, থৱায় মিরাংপালবু পাউকৌরবগী লিকলাই মপারিবু থৱায় লাইহিংলকলে হায়রবরা।

---

নোংমললবদি—সিরবদি। থৱায় লাইহিংঙমএ—থৱায় হিংহনবা ঙমএ। পীখোয়রেলগী—মমা খোয়রেলগী। নোংমললবদি—সিরবদি। থৱায় লাইহিং ঙমলোইয়ে—থৱায় হিংহনবা ঙমলোঈয়ে। চীংঙু—লাই। লিকলাই অঙৌপামবা—অঙোম নিংথৌ। মপাউমেল—মৱাহে। মালেম লৈদা পকনা—লৈবাক সোকনা। প্রুমজরবদা—খুরুমজরবদা। চীংঙু সাললোন য়ামবা—ওন্নীংবা, ওইনীংবা সক্তম লৌবা ঙমবা লাই। খোইয়ম ঙনদে হকপা—মতিক মঙল থাবা ঙমদবা অখোইবা লাই। লিকলাই মপারিগী—নিংথৌগী মচানিপাগী। নাকোং খোঙজাউরেলদা—মনাকোংদা। থৱায় মিরাংপালবু—থৱায় মিরু। পাউকৌরবগী—কৌরবগী। থৱায় লাইহিংলকলে—থৱায় হিংগৎলকলে।

লিকলাই অঙোপামবনা খূৎফাং চাংজৌ চেপনা লোননা ব্রাহমজখিএ। হে লমবোই লাইবু নীংবা ইবুংঙো তাবিও। নিংথৌ সনা ইরৈপাক অসিদা। থাবা নঙগী ফমবীরেলবু ওইবীও। ফুরা লাইয়ুম সাজগে নোংজা সীংবুম খূদীংবু পুজা ঈরাৎচগে হায়না পাউমেনববু চীংঙু সিদবনা হোয়ম্নাদনা পাউখুমলকএ।

হে লিকলাই অঙোপামবও! লমবোই হৌনা ইরমচৎপু থাবা ঐগী ফমবীরেলবু লৈতে। পামেল উখোঙখা খূদীংবু ইরাল লোললেময়াইবু ওইনৈএ। সোক কুমসীং লেননববু নগ্র (নগর) খুলগঙ কোয়না, খোইয়ম লাইবু নীংএ হায়না ব্রাকনখিএ হায়দবরা।

লিকলাই অঙোপামবনা অনৌবা অমরক সনা পোৎলোই সেম, লূপা সাজমফু, নীংথি লৈতেং পোৎপু পুংবু লেম, থেলমায় লাং,

---

খূৎফাং চাংজৌ চেপনা লোননা—খুবাক লোম্নহনা। ব্রাহমজখিএ—হায়জখিএ। থাবা নঙগী ফমবীরেলবু ওইবীও—নহাক্কী লৈফম ওইবীও। ফুরা লাইয়ুম সাজগে—লাইসঙ সাজগে। নোংজা সীংবুম খুদিংবু—মুমিৎ খুদিংবু। হোয়ম্নাদনা—য়াদনা। পামেল—উ। ইরাল লোললেময়াই—ইয়ুম। নগর—সহর। ব্রাকনখিএ—হায়বা য়াখিদে। লিকলাই অঙোপামবনা—অঙোম নিংথৌনা। সনা পোৎলোই সেম—সনাগী পোৎলম থেন্দুনা। লূপা সাজম ফু—লূপা পোৎপা সেমহনা। পুংবুলেম থেলমায় লাং—পৈহনা থেন্দুনা থম্বা।

কৎচববু চীংগু সিদবা লমবোই সালগুনবনা চীনস্না চীম থমবালবু খোয়রুম মোমোন নোকনা পাউমেললকএ।

হে লিকলাই অঙৌপামবও! সনা নগুগী পাবোৎ সেম, লুপা থেলমায় লাং, নীংথি লৈতেং পোং অসিবু, মাই কদৌনসিবনো। উনবী পূকনীং থুংলে মুংঙাইরে। লমবোই ইহৌসাবু য়াম্বা ইরল লৈতে। হরি মিংলেল সিদববু উনবী পূকনীং ললগুইনৈএ। লমবোই ইহৌসাবু য়াংলৌ লমদনফরোইএ। অম্বা পোৎথাফরোইএ হায়না সনা পূগুবু লেমবা, লুপা থেলমায় লাংবা, নীংথি লৈতেং পোং পুমনমকপু চীংগু মীৎচিতোলনা য়েংবিদে। মীৎনা তোলনা হাইরমদনা খোইয়ম থিংলৌ নীংনা তেনা মরাল গুনদেখিরে, মচীং হলরায়খিরে হায়দবরা।

---

লমবোই সালগুনবনা—লমবোইবগী সকলোন লৌরিবনা। পাউ-মেললকএ—হায়রকএ। উনবী পুক্লীং থুংলে—পুক্লীং পেল্লে, নীংবা থুংলে। য়াম্বা ইরল লৈতে—ইসাগী গুইবা ইরল লৈতে। য়াংলৌ লমদনফরোইএ—লম্বীদা পনফরোইএ। মীৎচিতোলনা য়েংবিদে—মীৎচীনফাও য়েংবিদে। মীৎনা তোলনা হাইরমদনা—মীৎ-চীনফাওবা হন্না য়েংলমদনা। খোইয়ম—লাই। থিংলৌ নীংনা তেনা মরাল গুনদেখিরে—ময়ুমদা অমুক হনখরে। মচীং—ময়ুম। হলরায়খিরে—হনখরে।

অৱাং কোরৌ নোংদোলথকত। ৱায়থুংলবদা মমোম লাইরুৱা ৭ মনা সেবা থৌগলতৈ, অপসৱা জগোই সাবী ১০০০ মনা জগোই খোঙলৈ কা, গনধরূপা (গন্ধর্ব) লাই পাখংসিংনা মৃদংগ ৱাংলেন পুংখং তৈ, তরেৎ সেলথীং মনিল নাই, ইসৈ নোংনৌ সক, চীংঙু মঙাইরোয়বু লেংনা তিল, খোইরম মহীসাংবু লেংগা ফাংনা ন্নুংঙাই মখৈ লৈতনা য়াংগোইৱে হায়দবৱা।

চীংঙু নোংথৌ সৱারেল, অৱাং পাখং য়োয়রেনবা। মীৎয়েং পানজুমবা, নাকোং নাচুমবা, কোরৌ খাইথবা, ৱাঙবল য়েনথবা, ইঙা কুমদমবা, ইঙেন কুমথায়বা, ইমু খলওনবা, ঈঙৌ চাংখিনবা,

---

ৱায়থুংলবদা—থুংলবদা। মমোম—মচানুপী। সেবা থৌগল তৈ—থৌগল তৌদুনা। অপসৱা—সর্গগী জগোই সাবী। জগোই খোঙলৈ কা—জগোই সাবা। গনধরূপা—লাইরৈপাক্কী পুং য়ৈবা অমদি ঈসৈ সকপা লাই। মৃদংগ—পুং। ৱাংলেন—পুং। পুংখং তৈ—পুং য়ৈবা। তরেৎ সেলথীং মনিল নাই—পুং ঝাল য়ৈদুনা। ইসৈ নোংনৌ সক—ঈসৈ নোংমাই সকপা। মঙাইরোয়—মাপী লোয়নবা ঙাই সেন, মরি মত্তা। মহীসাং—মরুপ মপাং। য়াং-গোইৱে—লৈৱে। মীৎয়েং পানজুমবা—উদবা লৈতবা। নাকোং নাচুমবা—তাদবা লৈতবা, না সিংবা। কোরৌ—নোংমদোল, অৱাংবা। ইমু খলওনবা ঈঙৌ চাংখিনবা—ঈসিং চাং চানা অথোই অহেন ওন্দুনা থম্বীবা।

উন ৬ ঈরীবা, ৱাউ ৬ ঈথাবা, খাকপা কোরৌ নোংনিংথৌ, কোনথৈ অতামবা, সোংলেল অথাপপা, খোইয়ম লাই নামুং নামুংববু তন্নম চীনগোয় ইৱাকমনা লৈজা অস্নুম হললমলগে।

অসাইডৈগী লিকলাই অঙৌপামবগা, পলেম মমা পোকমাবীগা ২ মদি, চীংঙু মৱলকু, খোইয়ম মথৌজালগী, ঙুংঙাই মৱাঙ কায়না পানমনরে হায়দবৱা। নাউৱা মপারিদি চীংঙু বিধি মথৌজালগী, নাউৱা য়েলহৌ ফরকলে। অহুস্নুঙ মদোমদে। চীংঙু নোংথৌ সরারেলগী চীংঙু মৱলকু, খোইয়ম সিদবা মথৌজালগী পুনসী চেঙজেল কুই, তোললোই মহৈ চানা, লৈমা মসানৌগা, ঙুংঙাই মথৈ লৈতনা পানমনরে হায়দবৱা। নাউৱা ২ মগী হেপলী পনথাং লোমলে। ৱাকমা নাউৱা সৈদমপালনা লৈজা অস্নুম হললমলগে।

উন ৬ ঈরীবা ৱাউ ৬ ঈথাবা—ইংথমথা অঙীংবা থা ৬ তা ঈসিং তুংসিন্নুনা থমলগা অসাবা কালেনথা ৬ তা ঈসিং থাদোকপা। খাকপা কোরৌ নোংনিংথৌ—অথাক অৱাউ তৌশ্নিবা নোংমদোলগী নিংথৌ। কোনথৈ অতামবা—লমদম অৱাপ্পা। সোংলেল অথাপপা—লাইরৈবাক। তন্নম চীনগোয় ইৱাকমনা—ননাই লাইরিক ইবা ঐনা। চীংঙু মৱলকু—লাইগী থৌজাল। নাউৱা য়েলহৌ ফরকলে—অঙাংগী নৌরিডৈ পুন্সিগী মতম ফরকলে। অহুস্নুঙ মদোমদে—অহুনস্নু লোইদ্রি। পুনসী চেঙজেল কুই তোললোই মহৈ চানা—ঙুংঙাই য়াইফনা পুন্সী হুংসাংনা। হেপলী পনথাং লোমলে—সৈহেক সৈথাবা লোইরে। ৱাকমা নাউৱা সৈদমপাল—লৌসিং মপুঙ ফাদ্রিবা নৌরিবা অইবা।

হে নমু তাইবং মীওইবসিংও! চীংঙু বিধি নোংদমবা, খোইয়ম বিধাতা মরায়েলদি তৌজ মহৈমলতবু, অফ ফৎতা মহৈ পালনা ললকুবিএ। তৌজ কর্ম অফববু তমগেনে। চীংঙু বিধি নোংদমখোলবু চীংঙু নোংথৌ সরারেলনচিংনা খেৎঙমদে হায়দবরা। নদাইরেম রাকমা নাউরা সৈদমপালনা চীংঙু নঙল অরাববু সকঙমদে। খোইয়ম নতিক অরুববু থাঙমদে হায়বগী কাওরেল সলথৌ লাবা মীৎয়েংনা ননাইবু থলয়েংনবীগুনো। নমু পোংথৌ লাবা মীৎয়েংনা থামুকনবিগুনো। মনু মরু লুক, খোয়মা মমায় লৈনা থৌখামবিও। নদাইরেম রাকমা নাউরা সৈদমপালবু পুনসী চেঙজেন কুইবা তোললোই মহৈ চাববু ললকুবিও।

---

নমু তাইবং—মীওইবা। খোইয়ম বিধাতা মরায়েলদি—মীওইবা খুদিংগী মরাইবক্তা অফ ফত্ত নোংদমবিরিবা লাই মহাক্কী রায়েলদি। তৌজ মহৈমলতবু—মানা মানা তৌজবা থবক্কী মহৈগী ফলতবু। ললকুবিএ—থৌজালবিএ। নদাইরেম—ননাই। রাকমা—লাইরিক ইবা। সৈদমপালনা—লৌসিং মপুঙ ফাদ্রিবনা। নঙল—তৌবঙম্বা, নতিক নঙাল। কাওরেল—সল। থলয়েংনবীগুনো—অচাল অরায় নাইনা য়েংবীগনু। থামুকনবিগুনো—অথাবা মীৎয়েংনা মুকনা য়েংবীগনু। খোয়মা মমায় লৈনা—পুক্নীং সেপতনা। থৌখামবিও—থামবিও। নদাইরেম রাকমা নাউরা সৈদমপালবু—লৌসিং মপুঙ ফাদ্রিবা ননাই লাইরিক ইবা ঐবু। ললকুবিও—থৌজানবিও।

তয়ম ইরাকমদি ইমায় নোংনেম লাইনা পাং, অরাং কৌবা চীংথং লাইনা পাংবরম, চাকলীক মপান থাবা, নোংথৈ মউ লিংবা লম, ইয়ু নোংবাল * হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুনসীবা মরৈখঙ, চারোল ৬ লোনসীনলৈ, সুরোল ৭ তানফংলৈ, ফাত্রে নেমসিললৈ, য়ামত্রে চাইসিললৈ, লৈরাং থেংক্রুক য়াংক্রুকলৈ, চীরিক য়োংফাংলৈ,

---

ইমায় নোংনেম লাইনা পাং—ইমায় অরাং মায়কৈরোমদা ওন্দুনা। অরাং কৌবা চীংথং লাইনা পাংবরম—অরাং কৌক্র চীংগী মায়কৈ পাংবা লমদা। ইয়ু—ইবুধৌ। নোংবাল—লূরাং য়েকপু খঙনবা রাহৈ। মরৈখঙ—মসাইকোল, মাগী মরমদম, লৈফম। সুরোল ৭ তানফংলৈ—মসু মরোল ৭ ফংনা পুন্সিবা। ফাত্রে নেমসিললৈ—ফংত্রে হায়রবসু ফহনবা ওম্বা। য়ামত্রে চাইসিললৈ—য়ামদ্রে হায়রবসু অমদগী লৌথোকলগা অমদা হাপচিনবা। থেংক্রুক-য়াংক্রুকলৈ—মীপুম খুদিঙনা চিন্নবা লৈ। চীরিক য়োংফাংলৈ—অহোবদা লীৎথবা পাঙ্গলগী লৈ।

---

হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুন্সীবা—লূরাং খুম্থিবগা কৌবরোল নামোইনুগা অনিনা পোকপা লূরাং গুরু পুন্সীবা। মহাকনা লূরাংচীংদা হোঙনেমখি (অহোঙ অচাও থাঙবা) হোঙনেমখিবা অসিদগী মহাক্কী মমিং হোঙনেম লূরাং নিংথৌ পুন্সীবা হায়না খঙনখি।

চহুই কাংবা লৈ, অরাং সরু লূতোংলৈ, পুনসী ঈবাললেবু তাঙজা লুদা থেংনা, রায়রা সা য়াহিদি ওইদা পাম্বি, হুইয়েল লালথৌ য়াইদি য়েৎতা পায়না তয়ম ইরাকমনা থরায় ইমিরেল, মিরেল থৌয়াংববু চরৈ নাহোংসা, মাললৌ থূপকিননা লাংলেন কোংয়াঙ রা চৈসু অসংববু, লোকলৌ পাললোহিননা ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবলম, থোহিয়ম লাইফমলেল মুংঙাহিবা, হকচাঙ ফিথূপ অচেৎপা, হরি ফমবীরেল অথুপপা, চিংত (চিত) উনবী থৌয়থৈনুংদা. হরি মিংলেল সোননা, কোনসিলমলগে। হৈয়া হে। হৈয়া চাসুঙ হয়িচা। হয়িচাসুঙ হৈয়াচা। হে হৈয়া হরিও। হরি হরিও।

---

চহুই কাংবা লৈ—মীপোক মীহিংবা ওম্বা লৈ। অরাং সরু লূতোংলৈ —লুগা তোংগদা পকপা মীসী পুন্সি, লাইনা পীবা মীওইবগী লৈ। পুনসী ঈবাল লৈ—নহা ওইবা লৈ। তাঙজা লুদা থেংনা—কোক্তা থেংতুনা, চিন্দুনা। হুইয়েল লালথৌ—লান্দা থোবা। তয়ম ইরাকমনা—ননাই লাইরিক হৈবা এনা। থরায় ইমিরেল—এগী থরায় মি। মিরেল থৌয়াংববু—অপাম্বু। চরৈ নাহোংসা—ফি নাহোং সাদুনা। মাললৌ থূপকিননা—ফিনা কিসি কিতুনা। লাংলেন—রা। কোংয়াঙ—রা। লোকলৌ পাললোহিননা—পায়রতুনা। ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবলম—ইমায় অরাং মায়কৈরোমদা ওন্দুনা, (অতোপ্পা অর্থদা ঈরু লুকনসু হায়)। চিংত উনবী থোয়থৈনুংদা—থম্মোয়নুংদা।

লোইরবা

# ৱাহৈগী অর্থ

## অ

অইল তম্বা—ইনবা।

অঙাম্বনা খোকমৈ নেম—
ঙুমিংনা নেমথরক্কুনা মঙুম
চঙলমদাই, ঙুমিং তায়মদাই।

অঙানবনা মতাঙ তেন—
লুংথিলগী মতম লোইসিল্লকপা।

অচাউ লেপফারা সাংবা লমঙম-
লকপা—চাউবা মপুঙ মরৈ
ফারকপা।

অচেল খোঙলৈ য়াঙ—থুনা য়াংনা
চেন্না চেন্না চংপা।

অচাউ লেপফাবা—মপুঙ মরৈ
ফাবা।

অতুক্কুঙ মদোমদে—অতুনসু
লোইবা নংতে।

অথ প্লা—অয়োনবা, অরুবা।

অনা লাইপোং ফাবা—খাল্লা কল্লা
নাথা।

অপিসা—অপীকপা।

অপাম পুক্রীং চঙবা—খোয়দাবা।

অমল থমলৈ কুম্বা—সিথা,
নোঙ্গাবা।

অম্বা লৈখৈতবা—মাবগী ভমখৈ
লৈতবা।

অম্বা হকচোক লাংবা—মাবনা
তপ তাবা।

অম্বা হুইয়াং সোনবা—মাবনা
সদৌ থোংবা।

অম্বা হকনা চোকপা—মাবনা
হকচাঙ চোকথবা।

অম্বা লমদম্বা—অম্বাবা পোথাবা।

অম্বাং পাথং য়োয়কেবা—
সম্বারেল।

অসি কোয়ৌ ইঙ্গুংমবু—ভসি
অহিংসিমবু।

অসি কৌব। ইন্নুংমবু—ভসি অহিংসিমবু।

## ই

ইঙাইরোয়—ইরুপ ইপিজা, ইঙাই।

ইচীং—ইয়ুম, ঐগী চীং, ইরাম্বা।

ইথোকলকপা—ইথোক কায়কপা।

ইতু—ইবুং, ইকপ্পা।

ইনোংয়ায়—ইসুনিপা।

ইন্নুং—অহিং, নুংদাং।

ইন্নুং সোয়য়ায়মদা—অহিং নোংয়াইদা।

ইনেম মচা—ইনেমবোক্কী মচা, ইনেগী মচা।

ইনদাল্লকপা—য়োননবা লাকপা।

ইপল—ইপা, ইমা।

ইপারি—ইচানিপা।

ইবুংথৌ—ইনিংথৌ।

ইবুংথৌ নোংথোরেল পুমাবা—নিংথোরেল অথোইবা।

ইবীংঙা—ইবানি, ঐখোয় অনি।

ইমোম—ইচানুপী।

ইমু—পাৎ মপান্দা তাবা খুল।

ইমু খলওম্বা—ঈসিং চাং ওম্বা।

ইমু সিলয়োমলা—মমাগী কনেক।

ইমাল—ইকু, ইনেম, মামা।

ইরাল—ইয়ুম।

ইরাল মোংবা—ঐগী য়ুম, ইয়ুম।

ইরাল ওন্দেবা—ইয়ুমদা হনবা।

ইৱাকমা—লাইরিক ইবা ঐ।

ইহীসাং—সাগে নাতৈ।

ইহুইরোন—ইমৌনুপী।

ইয়ু—ইপু, ইবুধৌ।

## ঈ

ঈঙৌ—তুরেল মপান্দা তাবা খুল।

ঈঙৌ চাংখিলবা—ঈসিং চাং চানা থমবা।

ঈসৈ লীওঙ খঙদবা—ঈসৈগী মওঙ মতৌ খঙদবা।

## উ

উতোমপোক—নাহ্নিতোম হৌবা উ।

উন ৬—হুংথমথাগী অঙ্গংবা থা ৬।

উনবী—পুক্লীং।

উনবী পুক্লীং পীনা—পুক্লীং চঙনা, থব্লায় য়াওনা।

উনবী পুক্লীং মুংসি চঙবা—পুক্লীংদা মীনুংসি পোকপা।

উনবী পুকথোঙ কায়—থম্মোয় কায়না।

উনবী লৈনীংসিংবা—নীংসিংবা।

উরৌদরে—উহৌদরে।

## ও

ওইঙামলে—ওইরমলে।

ওন্দেবা—হনবা।

ওন্দে হকপা—মতীক মঙন চাউবা।

## ক

কাওবী—সল, কোক।

কাওরেল—সল।

কাওরেল সলকু হোইবা—সল সঙ্কু হোইবা।

কেগে—মোইরাংগী লম অমা।

কল্লকএ—পাম্মুইএ।

কল্লক থোকনা—কল্লক পেন্না।

কোনখে—লমদম, মায়কৈ।

কোল্লোয়—মমিং, মরাহৈ।

কোল্লোয় মতীলমেল—মরাহৈ, মপাউ।

কোল্লোয় অমেঙবা—অথোৎপা রাহৈ, অমেঙবা রাহৈ।

কোল্লোয় মপাউমেন—মরাহৈ।

কোরৌ—নুমিৎ, নোংমদোল।

কোরৌ নুমিৎমদা—নোংমদা।

কোরৌ নোংলুপাল অঙৌবা—লুপা।

কোবা য়ায়রেকপা—অহিং য়ারেকপা, অহিং লেকপা

## খ

খমনুঙ—অসি লৈবাক, অসিবা মীগী থরায়না লৈফম।

খমনুঙ লাংওনবা—সিবা, নোঙ্গাবা।

খমনুঙ লাংওনখিরে, সরা পলকেনখিরে—সিখরে।

খামবী—মৈ।

খামবী মৈনীং হিপ্পা—মৈনীং কুপ্পা।

খামবী মৈরূপ তৈনা হৌনা—মৈ হৌদুনা।

খাল্লৈ—লৌবুক।

খাকপা নোংনিংথৌ—সরাফেল।

খুরাল তম্বা—হুরানবা।

খুলগঙলোই মখৈ—খুঙ্গঙ পুম্মক।

খুৎতা সু—খুৎতা পায়দুনা।

খুংফাং চাংজৌ চেপ্পা লোপ্পা—খুবাক লোয়দুনা।

খুৎপুনমসুঙ—চখোম অমতসু।

খেল্লাই—লাইবক।

খেল্লাই থোঙদা—লাইবক্তা।

খোইরুম—লাই।

খোইরুম লাইখোইজিল্লকপা—অনাবা হেক্তিল্লকপা।

খোঙকাপ কালহৈরকপা—চৎপা ঙমলকপা।

খোঙকাপ নাওবৈ থাংবা—খোঙসানবা, চৎপা।

খোমলাং—খোম।

খোমলাং তাজিন ঈনৌহম—খোম পিথকপা, খোম ইনবা।

খোরুমা লমচায়ফদবা—লম্বী থৈফদবা, সোক্কফদবা।

## ঙ

ঙকথী লুমলাং কোনবা—ঙকসমদা কোনবা।

ঙাইখোং—লং, লংচাক।

ঙাইথম্বা—ঙাইবা।

ঙাইনোকনবা—নোকনবা।

ঙাইরোইনবা—লোয়নবা।

ঙারঙ তানবা—ঙা ফাবা।

## চ

চয়াই—ফক।

চৈরৈ—ফি।

চৈরৈ য়াকু তৈ—ফিরোল ময়াঙ কায়না সেৎপা।

চৈরৈ নাহোং সানা—ফিনা নাহোং সাহুনা।

চানাক—ঘুম কৃপ্পবা ই।

চীংঙু—লাই।

চীংঙু থংবা নোংনিংথৌ—সরারেল।

চীংঙু বিধি নোংদম্বা—বিধি কৌবা মীওইবগী অফ ফত্ত নোংদম্বীবা লাই।

চীনলেন—চীন।

চীনলেন অথা থোকপা—মচীন্দা অথীবা রাহৈ সিজিন্নবা।

চীনদিম্নবা—চীনগা চীনগা থেংনবা।

চীনওকনবা—চীনগা চীনগা থেংনবা।

চীংলেন নোংগা ভাম্ভরবা—নোং ভাল্লবদা।

চীনগোয় ইয়াথং—ঐগী য়াথং।

চেক—উচেক।

চেংলৌ—সক।

চেংলৌ মীংথীংপা—উবা, য়েংবা।

চেংলৌ সককোয় থোঙ—মসক মতৌ, মায়থোঙ।

চেকলা—লম্নগী উচেক।

চৈরৈ—ফি।

চৈরৈ অইল তামথা—সেংনা ইন্নবা ফি রাংপা।

## ত

তকলৌ সিতং সোনবা—তকসি সোনবা।

তকুপ মায়রেঙ হোবা—লংবনা মীৎ মায় থকপা।

তরা—চাক, সেল।

তরা চউম তম্বা—চউম্বা।

তয়ম—মনাই।

তরেঙ—য়ুম্বীরেল, লং চাকনবা তরেঙ।

তাউদনবা—মুমিৎ।

তাউজীং—হৈ।

তাইবং নোংসাপাল—তাইবং পানবা।

তানলোয় সীংজা—মৈ থানবা অচনবা সীং।

তানলোয় সীংজা লাংবা—সীং চনবা।

তাল্লোয়—মতু, মাগী মুপী।

তাল্লোয় তূচা লোনবা—মুপী লোনবা।

তাল্লোয় মরুম্বী—মতু।

তালঙমদরে—য়োনবা চৎপা ঙমদরে, ফংবা ঙমদ্রে।

তাংজা—মায়, ঙক, লিন, কোক।

তাংজা ঈকায়বা—মমায় ঈকায়বা।

তাংজা লুদা থোংবা—মকোক মথক্তা হাপ্পা।

তুকুমববু—অহুগুম্ববু।

তুংগোল রাইরৌ তুংথাংনবা—ঙা হাপ্পবা তুংগোল তুং থংনা য়ানবা।

তুংথাংনবা—তুংলোম থংবা।

তেরালনরিবা—তেংথা নাওহ্-রিবা।

তেংথাবা—মতিক মগুন সকপা, থাবা।

তেংপাক লাল্লু সাবা—লৈপাক লৈতুম ওইবা, লৈপাক তৌবা।

তেংথা ময়েক চাদবা—মতিক মগুন থাবদা মপুঙ ফাদবা।

তোল্লোই মহৈ চাবা—পুন্সী মতোল লোমনা মহৈ চাবা।

তোমসাংলৈ—নাইতোম সাংপা লৈ।

তৌজ মহৈ মল—তৌজবগী মহৈ

তৌরাঙ ফকচা লোকপা—য়ুমসেংবগী ফম হোৌগৎপা।

## থ

থৱায় মিরাংপাল—থৱায় মি।

থৱায় ম্রিরেল পাই ম্রিরেল নোংদা কান।—ম্রিপাই থবাইনা, থৱায় ৱানা, পাখৎনা।

থংবা নোংনিংথৌ—সরারেল।

থাঙ্গা—লৈকাই, পোথাকম।

থাঙ্গা য়ূম্থুম হাঙ্গদা লৈকাই পলসাং কেলনা—কৈরোয় লৈকাই মীনা লৈরিক লৈরাক থম্না।

থীকলেল—থবাক, থা।

থীকলেল থাগা য়ৈ—থবাক্তা খুংতুমনা সুহুনা।

থৌরৈ—থবক।

থৌরৈ তেঙবাংবা—থবক মতেঙ পাংবা।

থৌখামবা—থামবা।

থৌখামঙমলবগা—থামহুনা থমলমলগা।

থৌকাউবা—কাউবা।

থুমলাং—থুম।

## ন

নথংলেন—নপুরোইবা।

নথোকলকপা—নথোক কারকপা।

নদাইরেম—ননাই।

ননোংম্নায়—নম্নুনিপা।

নহু—নবুং, নৌপ্পা।

নপল—নমা, নপা।

নপল তাংসকতবা—নমা নপানা ৱারক ৱাতেমদবা।

নপারি—নচানিপা।

নমু তাইবং—মীওইবা।

নমু মীতমথি—তমথিবা মী, হিংচা ম্লাইতম্বগুম্বা মী।

নমোম—নচান্নুপী।

নরলকু—নঙগী থৌজাল।

নসানৌ—নরুম্বী, ননাও ইবেম্মা, ননাও।

নম্লাথং—নঙগী ম্লাথং।

নাউনৌবা—অঙাং উনবা।

নাউহমবা—অঙাং পিজ্জ পিথকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাউরা অপিসা—অপীকপা অঙাং।

নাউথাকপা—অঙাং য়োক থাকপা।

নাউয়োকপা—অঙাং য়োকপা।

নাউপুবা—মীয়োনবা।

নাতাবা—তাবা।

নানৌ—মনা অনৌবা।

নাকোং নাচুপ্পা—তাদবা লৈতবা, মনা সিংবা।

নাইকোল—মীনাই মীসল লৈনবা সঙ্গ

নিংঙাই সাংদান্নবা—নিংঙাই তৌতুনা মরৈ য়েৎনবা।

নীংখনখিঞ—খনখিঞ।

নুজা—নুপী, নহা ওইবী নুপী।

নুমিৎ থোঙলেল লুপ্পা—নুমিৎ ময়ুম চঙবা, নুমিৎ তাবা।

নুরা—লৈসাবী।

নুংঙোনবী—নুংসি চান্না তৌজবী।

নুংসা তরং হোবা—নুংসা মৈসা কনবা।

নোংথৌ সরারেল—সর্গগী নিংথৌ।

নোংপোক মন্নায়দগী—নোংপোক মায়কৈদগী।

নোংফাইবা—অহিং ফাইদুনা লৈবা।

নোংবাল—লুন্নাং য়েকপু খঙনবা ল্লাহৈ।

## প

পনথৌ—ইপা।

পনথৌ মপা পোকমাম্বা—অপোকপা মপা।

পল্লেম—ইমা।

পল্লেম মমা পোকমাবী—অপোকপী মমা।

পল্লেম পীবুকনুংগী—মমা পুক্নুংগী

পনম চৎথোকলকপা—কোয়থোরকপা, চৎপা।

পাউমেনবা—রা হান্নবা।

পাউখুমবা—খুমবা।

পাউহংবা—হংবা।

পাখং উরাংমৈ—চুং ক্কিয়াল চাবা নহা, পাখং, মখাং চেংবা পাখং।

পানফয়ে—পাল্লে।

পামেল—উ।

পারি—ইচানিপা।

পালোইনবা—পাম্বা, পাম্মিন্নবা।

পামু লনয়ীকতবা—ময়ল পাম্মুদবা।

পাহাঙবা—মপা হাঙবা, নিপা লৈতবা।

পাহাঙ নোংচেং ওইবা—মপা হাঙবা, নামা তাবা।

পায়মা—লৌসিং, পূক্কীং, পূক।

পীখোয়রেল—মমা খোয়রেল।

পীজ হানখেংদবা—পীজবগী পাম্মুবা নাইদবা।

পীবুকনুং—মপূক মথুঙ, পুক্লুং।

পুনুং—ময়েপ, কুরিৎ, লঘু।

পুনুং ক্লেপপালথোঙ—ময়েপ, সাবাল।

পুনুং লিলনা ওানবা—ময়েপ মওাম তাবা, লৌসিং লৈবা।

পুন্সী চেংজেল কুইবা—পুন্সী সুংসাংবা।

পূক্কীং মকীং নাইবা—ময়ৌ লৈবা, পূক্কীং লৌথুপ লোকোইবা।

পূকমালনবা—পূকচেল খোইজেল তিন্নবা।

পেংলোই—হয়িং।

পোইরৈ—মৈতৈ।

পোনবী—য়ুমদা য়োকপা উচেক।

পোনবী চেকয়াম পাইবা—উচেক ময়াম পাইবা।

পোংলোই—মপোং মচৈ।

প্রু মজবা—থুরুমজবা।

## ফ

ফকলোং চরাই থানা—ফক থাহনা।

ফমফমলিঙৈদা—ফমহনা লৈরিঙৈদা।

ফুম্বী—ফুম।

ফুইবা—পোকপা (মুপী)

ফুম্বী চিদাই কাওবা—ঈসিংদা লৈবা ফুমগী মচী কাওখৎপা, ফুম চিংবা।

ফৈরা তান্দা থোংবা—তম্পাক্তা পমবা।

## ব

বর—থৌজাল।

বর ললকুবীবা—থৌজানবীবা।

বামোন—ব্রাহ্মন।

বিবাহ—লুহোংবা।

বিধি—মীওইবগী লাইবক্তা অক ফক্ত নোংদম্বীবা লাই।

বুধি—য়াখল, লৌসিং।

## ম

মকাইফম—মফম, লৈফম, ময়ুম।

মঙাইরোয়—মরূপ মপাং।

মপারি—মচানিপা।

মরাল—ময়ুম।

মরাল মোংবয়াই—ময়ুম।

মথংলেন—মপুরোইবা, মরা।

মমাল—মকু, মনেম, মামা।

মরালয়াই—ময়ুম।

মরাল লোললেমরাই—ময়ুম।

মরৈখণ্ড—মসাইকোল, মাগী মরমদম, লৈফম।

মরলকু—মাগী থৌজাল।

মসাবী—মরা মপুরোইবা।

মসালওন—মাগী সাইওন।

মহীসাং—মরূপ মপাং, মনাই মসল

মমোমলোন—মচান্নুপী।

মরাল ওন্দেবা—ময়ুমদা হনবা।

মরূমপাল—মরূম থূপনা লৈবা।

মাললেম—লৈপাক, পৃথ্বি।

মালেম লৈস্না অঙাঙবা—সনা।

মানবী—সল।

মনোংয়ায়—মসুনিপা।

মাংগোল খেলচণ্ডথক—য়ুমগী মাঙ্গোল।

মায় মৈচীন ওনফদবা—ঙম্মোই হায়ফদবা, লৈথোকপা য়াদবা।

মীরল পাবোং সেমবা—মীগী মরল লৌসিন্দুনা থমবা, হুরানবা, মীগী মপোংনা মপোং সাবা।

মীফম কায়দোংবা—মীবু উসিং থওইদবা।

মাল্লৌ—ফি।

মীংয়েং সানকৈবা (সানখৈবা)—য়েংবা, উবা।

মীংয়েং পাঞ্জমবা—উদবা লৈতবা, মীচঙ মীথায় নাইদবা।

মীংথীংপা—উবা, য়েংবা।

মোমনু—হুপী ওইবী।

মোমনু ফৈবাক তামুল লং—ফৈবাক লং।

মোংবয়াই—মরালয়ায়, ময়ূম।

## ল

লমওকনবা—লম্বীদা ওক্লবা, উনবা।

লমহৌরকপা—থোরকপা, লাকপা।

ললকুবিবা—থৌজানবীবা।

ললকুণ্ডামবা—লল থুম পীবীবা, থৌজানবীবা।

লহাননোং—অতুঙৈ, মমাংঙৈ।

লহান লাংওন মপোক—নহানমুক্কী মপোক।

লাইরেল—মৈতৈ নিংথৌ।

লাইরুরা—লাইনুরা, লাই নুপী।

লাইজা—ঈসিং।

লাইজা পাসানবা—ঈসিংদা ঈরোইবা, ঈসিংদা কুমহুনা নৈবা, ইরুজবা।

লাংগোই—সগোল, সামু।

লাংলেন কোংয়াঙ রাপীহল—মচা কোকহল লাইহল, মচা অহল।

লাংহৈ—চহি।

লিকলাই—মৈতৈ নিংথৌ, হিরা, মিংসেল।

লিকলাই অঙোপাম্বা—অঙোম নিংথৌ।

লিলনা ঙানবা—মঙাল লৈবা, মঙাল নাইবা, লৌসিং সিংবা।

লেমলৈ—ঙা।

লেমলৈ ঙারঙ তানবা—ঙা ফাবা।

লেংনা তিনবা—মরাম পুনবা, মীয়াম তিনবা।

লেংফাং তিনবা—পবে সাবা মীয়াম।

লুথোংনবা—কোকথক্রা থোংগৎপা।

লৈরাং—লৈ।

লৈরাং লৈরাক চামদ্রিডৈ—লৈরাং লৈমল চক্রিডৈ, অহল ওইদ্রিডৈ।

লোইমোম—ফৌ।

লোইমোম ফৌগং লাংবা—ফৌ লৌরুবা, ফৌ ফৌদোকপা।

লোইদাম—থা।

লৌঙৈনে—লৌপদোরিবনে।

## ৱ

ৱাউ ঙ—কালেনগী অসাবা থা ঙ।

ৱাকনবা—ৱাদবা, হাঁয়বদা ৱাদবা।

ৱাকমা—লাইরিক ইবা।

ৱাইথুবিচা—ৱাইথু।

ৱাংলেন—পুং, ৱা।

ৱাহম্বা—ৱা হায়বা।

ৱায়থুংবা—থুংবা।

## স

সকপানথোঙ—মায়থোঙ, সকফম।

সনা য়েইকোলন্থুং—সনা কোন্থু'।

সমু—হকচাঙ, নঙল, খোঙ, খুৎ।

সমু নমদা পোবা—নঙলদা পোবা।

সমু খোঙ থীনবা—মখোঙ থীনবা

সমু ওইনা কোল—খুৎ ওইনা কোন্দুনা।

সরীক—লাইথল।

সৱাং—লাই।

সংলৌ—থৌৱাং, য়েন্সাং।

সাইগঙ লৈহনবা—সগুন তৌবা।

সানৌ—মনাওনিপা, মনাও ইবেম্মা।

সাৱেল য়েৎনা কোল—মথুং য়েৎনা কোনবা।

সাংপা—পোকপা (নিপা)

সিনম্নু লুক—থবক শুবগী মপোৎ মচৈ হাপনবা লুক, থুম্মুক, সিল্লুক।

সিংঙেল—লৈ।

সিংঙেল লৈচু থাউদ্রিবৈঙে—লৈৱাংগী লৈচু কমদ্রিবৈঙে।

সিংঙেল লৈথেৎ তৈ—লৈ চিনবা, মুপী লোনবা।

সিংঙেল অৱেম্বা লৈৱাং অতিংঙা—অৱেম্বা কাম্লদবা।

সিল্লেরোম্বা—লৌসিং ৱাংপা, লৌসিং মপুঙ ফাদ্রিবা।

সীংজা—মৈ থানবা সীং।

সীংজা লুথোংনবা—কোকথক্তা সীং পুবা।

সীংতুম নীংগোয় য়েকপা—কলমনা লাইৱিক ইবা।

সৈদমপাল—মহৈ মপুঙ ফাদ্রিবা, মহৈ তমথৎলকলিবা।

সোংকিবা—কিবা।

সোলমোইবা—মুকুম মুকুম সোনবা।

## হ

হনু মাল্লে কাবী—অহল ওইবী, হনুবী।

হনু ময়াই কায়বা—অহল ওইরবা, হনুরবা।

হনবা লেংগা—চহি য়াম্লবা অহল ওইরবা মীগী লেংগা ওইবা।

হলৱাইবা—হনবা।

হয়া—ইমা, তেংবানবগী মমা, মালেম।

হয়িঙৈ—থায়না, মথায় থায়না, মমাঙঙৈ।

হয়েং কৌবা নোংগা সোয়রবগা —হয়েং নোং ঙাল্লগা।

হয়িং পোংলোইথী পকপা— হয়িং মথী পকপা, হয়িং মথী কাবা।

হায়গুনো—হায়গনো।

হুল্লানবা—হুন্দোকপা, থওই-দবা।

হুইয়াই পোনবী সেনগোয়

হাঙবা—ঈকায়বা নংবা।

হুমাং লোকঈ কাবা—হুমাংনা পুমচোৎ চোৎপা।

হেপথোকপা—য়াদবা, হিক্তোকপা।

হেপলী পম্বাং হৈতবা—সৈহেক সৈদা, স্থুর সন্দ খঙদবা।

হৈয়ু নম্বুং সাবা মুংনাং ননা

লেকপা—অনা লাইওং খঙদনা কম্না নাবা।

হোয়য়াবা—য়াবা।

য়

য়াইবী—থব্রায়।

য়াইবী কলহৌনীক তিল্লাং

মখোয় সাউবা—খোয়দৌ থীংনা সাউবা, মসা থক থক নীকনা সাউবা।

য়াইফ মরাঙ কায়বা—মুংঙাই য়াইফবা, অব্রাৎ অপা লৈতবা।

য়াথং অখা থোকপা—অথীবা ব্রাহৈ খোনফম সিজিন্নবা।

য়াথং হীকহায়বা—হীক হীক কপনা ব্রা হায়বা।

য়াব্রা—ব্রাহৈ, ব্রা।

য়াংগোইবা—লৈবা।

য়াংগোইনোং—লৈরিঙৈ মতম।

য়াংলৌ—লম্বী।

য়াংলৌ লমদাং সীৎলকপা— লম্বীদা লাকপা।

য়াংলৌ লমমখাঙ—লম্বী লমখাঙ।

য়াংলৌ লমদনফম—লম্বীদা পন্দুনা পোথাকম।

য়ুপাল য়ুমসেং নোং—চাবোক-
পগী য়ুম সেংবা স্থুমিৎ।

য়েল্লাং ঙমতম লোইবা—থৌরাং
তৌবা লোইবা।

য়েলহৌ—নৌরিঙৈ, ঙল্লিঙৈ।

য়েংলৌদরে—য়েংহৌদয়ে।

য়োইকোনমুং—নিংথৌগী কোন্নুং।

য়োইময়াই তাউদনবা—স্থুমিৎ,
কোরৌহনবা।

য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা—
স্থুমিৎ, কোরৌহনবা।

য়োয়চানবীরে—চানবীরে।

য়োৎচৈ চৈস্নু—য়োৎকী চৈস্নু।

## ফোঙলবা লাইরিকশিং :—

### ১। মৈতৈ য়ুমশারোল :—

মৈতৈগী য়ুম সাবগী অকুপ্প। কাঙলোনসিং অমদি ঈরাৎ পুজাগী লাইসোয়চিংবা নীংথিনা য়াওরবা লাইরিকনি।

মমল—ওরজিনরি লুপা ৪০/-

পাকা লুপা ৬০/-

### ২। পাখংবা লাইহুই :—

অরিবা খুংই লাইরিক্তগী ইথোকপা পাখংবসিংগী হৌরকফম তাকপা অমদি লাংওন য়থং মথং লাকপগী মরমদা ইবা লাইরিকনি।

মমল—লুপা ১৫/-

### ৩। বিধি নোংদম্বা :—

অরিবা খুংই লাইরিক্তগী ইথোকপা উপন্যাসকী কাংলুপতা চনবা লিটরেচরগী লাইরিকনি।

মমল লুপা ২০/-